ফোংজবা ঃ- অইবা মশামক

লাইবিক অসি মশামক্কী হক লৈগনি

অহানবা পুথোকপা ঃ- তাং ১/০৮/২০১৩ইং

কোপী মশীং ঃ- ১,০০০

মখুম য়েকপা ঃ- M/s Singh ART, RIMS Road, Imphal

লাইবিক ফংফম ঃ- ১। মণিপুব সাহিত্য পবিষদ
পাউনা বজাব ইম্ফাল।
২। হার্ট ষ্ট্রিং গেল্লবি
বিমস বোড ইম্ফাল।
৩। এ কে ষ্টোব,
বিমস গেট শোপ্পিং
লম্ফেল পাত, ইম্ফাল।

মমল লুপা ঃ- ১২৫/- (অপাবা)
মমল লুপা ঃ- ১৭০/- (অথাবা)

---

নম্ফম ঃ- খৌজাল হৈবা প্রেস, বিমস গেট সাউট, লম্ফেলপাট, ইম্ফাল।



# কচ্চবা

পাঙজদ্রবা নচানা
পলেম পষ্ণৌ অনিমক্তা
কবিশু কচ্চনিংঙাই লৈজদে
ভক্তি-প্রেম নত্তনা।

ই--মা বা--বা
ফোংদোকচবিবা শৈবেং লাইবিক'সি
লৎনা-থানদনা লৌশিনবীযু
মযেক চত্রিবা নচানি খন্দুনা।

মতম কযাগী মমাংদগী
থস্মোযদা ফুমদুনা লৈবক্লবা
"ফীজং-মকমদা" কোলোযজব'সি
ইমা-বাবাদা নাওথি শাজবনি।

খঙজদবনা অশোয-অঙাম
কযা যাওবমগনি
শৈদমজবক্লিবনি খনবীযু
থৌজানগী ঈবিক খিকপিবক্লো।

নচা
ইবোচাওবা

*I Hemochandra Singh*
Minister
PHE/Labour and Employment
Manipur




Tele 0385 2450968 (O)
+91 9862574599 (M)
E-mail hirengbam@yahoo.co.in

Date 10th August 2013

# FOREWORD

I am very glad to read the book "**Phijang Marumda**" written by Kshetri Chaoba of Chingamakha Kshetri Leikai at Uripok Haorangbam Leikai, RIMS Road, Imphal. The writer produced five books in the past consisting of many poems including the practice of ancient and modern system in Manipur.

I believe such publication of books by an old writer by an old writer aged about 80 years is very appreciable and it will bring much benefit to the present Manipur.

I wish such publication a grand success with the hope that many books will produce in future.

I. Hemochandra Singh

# থম্মোইনুংগী

অহাংবা অতিযাদা লৈচিল নোংফাইল অমম্বা কযাবু শেংদোকপগুম কবি ক্ষেত্রিমযুম চাউবল মাগী "ফীজং মকমদা" কৌবা শৈবেং , লাইবিক অসি পাকবদা থম্মোইদা কবিগুম্বা অৱাৎপা অমা মেনশিনবগী ঈথিন অমা পীবি। কবিনা পুন্সিগী অহাংবা কৈথেলগী উতোন ৱাতোন্দা কল্লবা নোংলৈ নুংশিং মবক্তা থৱাইনা পোনগী চেক্লাগী মমল তীক্লবি। থম্না থক্কী তবং লাইজগুম পাপ চেল্লবা মিৎস্না থম্বাল অনিনা লৈবাংগী লৈশক ওইনা শিন্থবক্কুনা ইবুংঙো মহাক্তবু থম্মোইগী মন্দিবদা চাইথজবি। কনা লৈত্রবগী *থোংডা জন্দা লেংডবিবক্কুনা মক্ত্রবা থম্মোই কাচিন্দা ধ্রুব প্রহলাদগী মতৌগুম* প্রেমগী মৈবা চুবিবোগবা হায়না তত্তনা পুন্সি কথোক্লিবা ভক্ত অইবা অমনি।

তাংলবা পুন্সিগী চেংজেন লোইবমদাই, মুৎলমদাই মৈবিনা থংঙান ঙাল্লকপগুম অইবা পাবুং চাউবনা মাগী নীংঙমদবা খোইবাংবা কযাবু মীওইবা সমাজদা উৎলমনবা হোৎনবি।

পাবুংদা অসিগুম্বা লাইবিক কযা পুথোকপিবকপা ওইসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা নিজবি।

থোকচোম চন্দ্র
ইন্টবনেম্নেল এৱাডি
১৫/৭/২০১৩

## "ৱাহৈ খরদং"

মতম কযাগী তুংদা ঐগী নুংশিজববা ইযাম্বা ক্ষেত্রি চাওবগী অনৌবা শৈবেংগী লাইবিক "ফিজং মকমদা" কম্প্যুটব প্রুফ ওইনা পাবা ফংজবদা হাযনীংঙাই লৈতনা নুংঙাই। মতম অমা "তেখাউ পাংকী শোন্নলৈ" কৌবা শৈবেংগী লাইবিক অমা ফোঙনবা ইবকপদা ইযাম্বসি মশানা ইজবা শৈবেংদুদতা পুমঙাও ঙাও পুমলুপ লুপচখিবনি। মহাক্কী পুন্সিগী খঙহৌদবা মীৎকুপ অমদা তেখাউ পাংকী শোন্নলৈনা কনখিবা মফমদু চহীনা মবাই লুক্কক্কবা মতমসি ফাওবা অসুম্মক লেঙদনা লৈবক্লি হাযবসি মহাক্কা হন্দক ইবক্লিবা শৈবেংশিংসি পাকবদা খঙবা ঙম্মী। খল্লি, ইযাম্বসি ঙসি ফাওবা হল্লমদ্রিদনা। মতম অমা পুন্সিগী নুমিদাং ৱাইবম ওইবক্লবদা মীতৈ অশৈবা অশাংবম মীনকেতন্না হাযখি-বিদায কবিতে বিদায। শ্রীবিবেন্নসু মশাগী কল্লবা পুন্সিগী লাম্ন্থেংদা মখুৎতা পাযবিবা খোর্জ্জৈগা ইজনীংবা ৱাহৈগা অনীগী মবক্তা অকনবা লান চৎথনববদা মথম্মোয ফুক্লা লাউখি ৱাহৈ পীযু ইমা ৱাহৈ পীযু অদুবু নুংশিজববা ইযাম্বা ক্ষেত্রি চাউবগীদি কদায' লেপ্তুবা থম্মোযগী থম্মোয ঈথক-ঈপোম মবক্তা কুম কাংদনা অদুম্মক লেপ্তুনা লৈশাৎ তল্লি-থম্মোয লৈবাং লৈনুংশি তেখাউ পাংকী শোন্নলৈ। লৈবাং অসিদি তশেংনমক খ্বাবাকপম চাউবগী - **'থাযনগী লৈবাং অমনবী, মল্ল-মল্ল লৈনুংশিং'** হাযবদুমক্লি হাযবা যাই। অদুমক্লা অশৈবসিনা হাযবকই -

**'ইতিংখিগনি থুপ্লবা থম্মোয কাচিন্দা**
**মনম্না পল্লান্দ্রি ফাওবা**
**খঙহৌবসনু 'তেখাউ পাংকী শোন্নলৈ'**
**তেখাউ পাংতা ঙাম্থোইবিবী**
**শোন্নহৌবসনু মীপুম খুদিংনা**

(নুজা নঙবু কনানো)

হৌখিবা পুন্সিগী নীংশিং থৌদোক কযানা থম্মোযবু তংতনা

লাংগোয চল্লকপদি নহা ওইবিঙে মতমগী মথোক কাবিঙেদতা নৎতে। থম্মোযদি খক লৈনম চনবা লৈতে। মহাক্তি লীব-লীবগদুম নৌথোবকই হাযবা যাই। অসিগুম্বা পুন্সি মীকুপ্তা থম্মোযদগী চেন্থখি নুংশিবগী ঈবানা চহীগী ব্রাংলবা লৈবাই নমখাযদুনা। মবমদি নুংশিবদি খক মাঙবা নাইদে, শিবা নাইদে। অসিগুম্বা শিনাইদবা নুংশিবসিনা থম্মোযবু খুদুম হেক-হেক চল্লকপা মীৎকুপ্তা মফম মতম নাইদনা হেক্তমক ঙংলকই নুংশিবগী শৈহেক কযা। অসিগুম্বা পুন্সিগী মীৎকুপ অমদা অশৈবসিগী থম্মোযদা নীংশিংবনা মপাল শাৎলকপা থোইদোক্লা ঙকনিংঙাই ওইদে। অদুনা অশৈবসিনা হাযবকই -

**নঙগা ঐগা উনবা খুদিংদা**

**শম্বুলনা খাঙবা ঙল্লক্তা হীকথবকপা**

**পাম্বোম অনী থাঙ্গৎতুনা লাকশিনবদো ...।**

(অদুম লুপখ্রবনি তিনখ্রবনি)

নুংশিবদি নুংশিবনি, মহাক্কী মবমচৎপু কনানা তম্বা ঙম্বগে ? মনীং মখা তম্বা মাগী লীচৎতা কনানা যাচল থাংলুবা ঙমগনি ? অদুননি অশৈবসিনা হাযবক্লিবা -

**নুংশি লাইমন্দি**

**অসুম-অসুম**

**হেনগৎলকই ঈনোৎ হাপ্পগুম**

**নঙগী নুংশি পুক্কেদগী**

**থিংবিনবা কনা লৈতা**

**ইসঃ ইসঃ ইসঃ**

(মসিমতংদি অবোইবা ওইনা নিজখিগে)

মমৈদদি, নুংশি মাবু নীংশিংবতনা পুন্সিগী থৌদাং ওইবকই। পুন্সিগী অবোইবা মীকুপ্তা মাগী নুংশি মিংলেন শোন্নিংলকই। মসিদনি হিন্দী লোলগী অশৈবা কবিবনা নুংশিববু মালেমদা খ্বাইদগী অথোইবা লন ওইনা শৈথাবল্লিবা। নুংশিবগীদমক বহিম অমদি বসখান্না মশাগী তাইঙ

পুন্সিবু মমল যাওদনা লংথোকল্লিবা। নুংশিবদা ঙাওববা অশৈবসিনসু মাগী থম্মোযদা কোকঙমদনা মমি তাবিবা মাগী নুংশিবগী ময়েক নীপানগী খোম্থোক্লা তাইবঙ পুন্সিগী চেঙজেল ওইজবা পাল্লকই। অদুনা অসুম্না হায-

**নুংশি নঙগী ময়েক নিপালগী**

**নুংশিববা মিংলেন'দো**

**পুন্সি চেঙজেল ওইজগে।**

(মসিমতংদি অবোইবা ওইনা নিজখিগে)

অসিগুম্বা নুংশি অশৈবসিগী থম্মোযনা মাযওন হোংলকপদা খঙহৌদনা ফাওবকই মবৈবাক মবমদম অমিদ মমালোলবু তশেংনা নুংশিবগী কল্লবা ঈহুল। মসিমক লনাইগী ওইবা নুংশিবনা মবৈবাক মবমদমগী নুংশিবগী মশক ওল্লকপনি। অদুনা হাযবকই -

**মীখা পোল্লিবা ঐখোযনে**

**মীবোলনা লাইশোল্লিবা ঐখোযনে**

**মীনাইনি মীনাইনি ঐখোযসে।**

**মবোল থোক্ত্রিবা নব্রাগুম**

**হৈনা থাংবা হৈত্রিবা অঙ্গোগুম**

**লাইশোল তীনশোল্লি মীবোলনা।**

(লাইশু খঙদ্রি ময়েক চৎত্রি)

লমদমসিগী মীওইশিংগী মবক্তা মবৈবাক নুংশিবগী মমিংদা মশাগী লনাইগী অপাম্বা অমদি অনীংবগীদমক থবক কযা তৌবকপা অনৌবা নত্তে। মখোয খবনা মথম্মোয শেংনা মবৈবাক মবমদগীদমক মশাগী লৈজবা পুম্বা কৎথোক্লিবা খুদিংমক্কী মমায খুনবগী মবম অমা ওইহল্লি। অদুনা অশৈবসিনা থম্মোয শোক্লা হাযবকই -

**লোইবেদকো লোইলম**

**মৈতৈ মীতৈ মিতৈ কতে**

**চাক চগ্রীং অমনা**

**চেং চেংকোক অমা মাংথোকই।**

(পোলোয শেৎপী)

অশৈবসিনা মসিদগী কন্ননবা পাম্নে থিবকই। অদুবু কদায '৭

যেংলুবা খুদিং অশোযবগী অশোযবা ঙাক্তা পেন্দবগী পেন্দবা ঙাক্তা। ফিবম অসিদনি মথম্মোয শোক্লা লাউবক্লিবা -

**য়োংগী লৈবাক অসিদা**

**লমহুইনা লৈঙাক্লবা**

**হৌজিক্লা গধানা কৈশাল শাবে**

**ইমা-ইমা ঐনা নঙবু কনবা ঙম্লবোই।**

(যোংগী লৈবাকসিদা)

অদুবু, চহীনা মখোক লোযবক্লবা মতমদা তাইবঙ শেম্বা মপুবু নুংশিবকপা অমদি মহৌশা খুৎশেম্নু যেংলু-যেংলুবা খুদিং অইবগী পুক্লিং পঙনৌদা নৌবা হৌবকই। মসিদি পুম্নমক্কী হৌনশানি। অদুনা তাইবঙ মপুগী মতীক মযাই খঙলকপা অমদি মাগী খুৎশেম্নু নুংশিবকপা মীৎকুপ্তা অশৈবসিগী খোর্জেনা অসুম্না মখোল থোক্লা শৈহেক নাইবকই-

**ইনৌত নৌবা**

**মোং হাদবা**

**মহাক্কি মহাক।**

**..............**

**মহাক্কা লোযননা**

**ব্রাবী ব্রাতাই শানবি**

**তাবা ফংলোই পাপ চেল্লবদি।**

(মহাক লৈতে কনানা হাযবিবা)

শাংলবা চহীগী লংলাদা পুন্সিগী তেলঙ্গানা মতম-মতমগী নোংলৈ-নুংশিৎ কযাগা মাযোক্লনা পাইবকপদা ককঙাওনবকপা খুদিং তাইবঙ শেম্বা মপু মাবু নীংশিংনবকপা ঙাক্তনি। অইবসিসু মীনি। পুন্সিগী অব্রা-নুংঙাই কযা মাযোক্লবক্লবনি। অদুনা মীওইবগী পুন্সি অমদি মসিবু শেম্বী শাবিবিবা মপু মাবু কবি কবিগুম্বদা হেক-হেক নীংশিংলকপা হাযবদুদি মশানা তাববা ব্রাফমনি। অদুগুম্বা মীৎকুপ্তুদা পুন্সিগী ব্রাহম্ভোক থিবকই। তাইবঙ শেম্বা মপু মাবু থিনীংলকই। অদুনা হাযবকই-

ঐগী তেলঙ্গা
চুমদ্রিং চুম্না পাইখৎলু
..................
লোম্বা লৈত্রবা মফমদু ফংনবা
মবীসিনা তৎত্রিমখৈদি থিশি
মফমদু ফংনবা
মহাক কদাযদা লৈবগে ?

(তেলঙ্গ)

নুংশিববা ইযাম্বা ক্ষেত্রি চাওবগী ফীজং মকমদা হাযনা মিংথোনবা লাইবিকসি অচম্বা লোন্দাদা ইবা থম্মোযগী অশেংবা খোন্থোক পুবা শৈবেংগী লাইবিক্লি। শৈবেংগী থোইদোকপা ব্রাহৈগী মীত্রংনা অপাববু শুমদুনা পুননবা হোৎনবা নৎতে। থম্মোযগী মপাউনি থম্মোযদা তম্বনি। থম্মোয পানবশিংগীদি তশেংনমক শিদ হীদাক্লি। থম্মোযদা ঈকং থোক্লবা মতমদা ব্রাখলগী অনৌবা ঈনোৎ কানফমনি। অহল ওইবকপগী তাবতনা শকুক ওইবগদবা পোৎথাবগতা লৈবগদবা মতমসিদা খোর্জে পাযদুনা শৈবেংগী পাক্লবা ঈপাক্তা অমুক হন্না চোংথবকপা হাযবসিমক তশেংনমক থাগৎনীংঙাইনি। ইযাম্বসিগী হনবা নাইদ্রবা থৌনা লিংজেল অসিমক নহা ওইবিবা অইবা খুদিংমক্লা তমজনীংঙাইনি। ইযাম্বা ক্ষেত্রি চাওবগী অসিগুম্বা থৌনা লিংজেলসিগীদমক তাইবঙ শেম্বা মপুনা মঙোন্দা খৈনাইদবা নুংশি থৌজাল পীবিবা ওইবসনু।

খৃষ্ট কুমজা ২০১৩ গী আগষ্টকী তাং ৬ (লনচেনবা মীতৈ)
লৈবাকপোকপা সগোলবন্দ, ইম্ফাল।

# শৈরেং লাইরিকসিদা ৱাহৈ খরা

ঐদি কবি নৎচদে । মনা ফংবা যাবা অশৈবশিংগী খোর্জৈদুসু পাযবা ঙমজদে। অদুক মচা অমা ওইনা লোযনজকুবগী, তোযনা পাবুংগী (শৈবেং ইবিবগা) পাদুনা নৈনজকুবদা মহাক্কী ৱাংঙুলোন অদু খংঙি হাযদুনা ৱামাং যানবগী পোৎলুম অদু থোংগৎপিবনি। ঐনা ৱাবৌখিগদ্রা হাযদুনা মখাগী ৱাফম অসি শৈবেং লাইবিক অসিগী মবমদা থমজবি।

পাবুংগী য়াউবিবা শৈবেংশিং অসি চহী কুন (২০) চংনা ইবীখিবনি। ইং ১৯৯৪ দগীনা ইং ২০১৩ ফাওবগী শৈবেংসিংনি শৈবেং পুন্না মশিং চাম্মা তবাহুমদোইনি। লাই তোংবা মাইবীগুম, মশাগী তাইবঙপান অমদা লুপ্তুনা মতমগা চান্নদনা ঐখোযদগী লাপ্পা নৈখিবা লাইফাও নত্তে। মতম মতমদুগী ৱাথোক-লান্থোক্তা পুক্নিং লুপচনা থম্মোযদা তাবা মমিদু হন্না হন্না মমুৎতানা খীচাব তৌজবগা খুৎথাখিবা শৈবেং লাইবিক্কি "ফীজং মকুমদা।"

অহলনা নহা মাহা, মতমসিগী শাউগল্লবা নহাশিংগী শৈবেং-শৈদাগুম ইবা অযাম্বা শৈবেংনি।

চহী কুন (২০) চংনা ইবা শৈবেংনিনা খুন্নাইসিদা হোংখিবা নাৎকি লৈঙাক্লোনগী শেনমীলোনগী মীৎচুফম যাউদনা চৎখিবা কুমজা মযামদুগী মীযাম্বা উবিবা লীলাসি নত্তবা অশেংবা লীলা ফীজং মকুমদা শান্নবদু মতীং লৈনা পুথোকপনা শৈবেং খুদিং মশা খীংঙ্ভী, মখল শুববা থৌদোক ৱাথোক্কী পেন্দবা মমি তায, পেন্দবা খোল্লউনি ফহন্নিংদুনা ইবগুম্মী।

মীযামগী ৱাথোক-লান্থোক্তা শকক যাজবা অমা ওইনা, অহল ওইখ্রবা পাবুংহোইসুগ হোংলক্কীবা মীযামগী পুন্সী মবেল, পৈশা-নুংশিবগা খল ওন্বদা নুংশিবগী মীচং লৈত্রবা, মীপুম খুদিং পোৎ ওইনা উখ্রবা শামু অঙৌবগী মমিৎ, মনম যাওদ্রবা লৈগুম মীনুংশি যাউদ্রবা থম্মোয মযামগী কুম্মে, পুন্নমকসি উবীবা ঙম্নীবিকো খল্লুবদা খুদোল তম্বা যাবে খনজে শৈবেং লাইবীকসি ইবমদমগী মযামদা কন্না থাজজে, শামান-লেংমান্নবগুম মনীপুবগী পুন্সি লৈকোন্দা মনম নাযনা শাৎপা লৈবাং পাম্বী অমদি ওইবগনি। মনমদুনা অহোংবা পান্বা মীযামগী থম্মোয নুংওম্বা ওইবসনু।

দাঃ ধনবীব লাইশ্রম

৭/৮/২০১৩

## অরোযবা খোঙচৎকী থম্মোয মপাও ঃ কবি ক্ষেত্রি চাউবা গী অরোইবা কাব্যগী খুদোল ঃ মনিং-তম্বা মীৎযেং রাখল ঃ Poetry We will call Musical throught ( Thomas Carlyle 1795-1881)

মণিপুরী সাহিত্যদা কাব্যগী ঈচেল লেপ্পা নাইদেঃ ঈঙা-ঈঙেল ঈচেলগী পাঙথক্নি। কবি চাউবা, ডাঃ কমল, অশাংবম মীনকেতন - নচিংবা অনৌবা যুগকি যাকাই-শৈবেং খুদোল তম্লপশিং লাইবমলেনদা তিনখ্রবদা থম্মোয়গী মাব-খোঙ্গুল লিবিবা চহী ৮০ শুববা কবি ক্ষেত্রি চাউবা (১৯৩৪) মণিপুরী শৈবেংগী ঈচেলদা অবোয়বা ওইনা ফীজং মকমদা (২০১৩) হায়না মিংথোনবা শৈবেংগী এন্থোলোজি অমা নৌহৌননা খুদোল তম্লক্লি। কবিগী অবোয়বা পুন্সি-খোঙচৎকী থম্মোয-মপাওনি। মনিং তম্বা মীৎযেং রাখলগী শাংলবা চহী ৮০ অসিগী মনুংদা কবিনা খনখিবা, উখিবা, থেংনখিবা থম্মোযদা মমি তাখিবা কযাদু রাহৈগী মুর্তিনা শৈবেং ওইনা শাগৎলকপনি কলপনা-থোইনা যাওদে, মহৌশা লাইবেন্থীগী খুৎশেমদা থোইনা ঙাওবসু তৌদে। ঙবাং ঙসিগী থৌদোক-রাথোক, চৎনবী নীতি-নিযম, লাইনিং-লম্বী অমদি নাৎ, (Culture) সমাজগী মশক (Social consciensness) নাক-যেৎকী ফিভম-নচিংববু নেকেদনেস বিএলিটিদা কৃয়েটিভ আর্ট ফোর্ম অমদা পুথোবকলি। ইং ১৯৮০ দগী লেপ্তুনা শৈবেং ইদুনা, শৈবেং-লাইবিক ফোঙদুনা শৈবেংগী জেনব অসিদা অনীংবা-অপাম্বা অমগা লোযননা শীংনবা অমসু যাওনা কৎথোক্লবা কবিগী শৈবেংশিংদি-মীচমগীনি। মীপুম খুদিংনা পাবা য়াববা, ইকায়-লাইনা শৈবেংগী নুংগী ওইবা অর্থ লৌশিনবা ঙম্বা, জাতি-বিজাতি খাযদনা লুনা তৌনগদবা আর্ট ফোর্ম অমনি পুন্নমকসিগী মথক্তা কবিগী মীৎয়েং-রাখল্লোন খবাদা ভক্তি প্রেম শ্রার্দ্ধ-গী মমি তাবি। ভক্ত কবি হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র অবাংম্বম দবেন্দ্রজিৎ বাজকুমাব শীতলজিৎ নীলবীব শাস্ত্রী-নচিংবগী পবপবাদা কবি ক্ষেত্রি চাউবা সু ঈতিঞ্জবা পামজবগী থম্মোয ঈহুল উবা ফংই। মদুনা কবিনা হাযবি ঃ-

অবোইবা ওইনা নিজখিগে
থরাযগা হকচাংগা খাইনবমদাইদা
হবিনাম শোনবগুম
নুংশিংবা মীংলেম্দো
পুন্সি চেংজেল ওইজখিগে। (অসি'মত্তংদি অবোইবা ওইনা নিজখিগে লা ১০)

লাইবিক্কী মীংথোলসু ওইবিবা ফীজং মকমদা হাযবা শৈবেংসিদা কবিনা তাইবং শেম্বা মপু মঙোন্দা চংজবি। মাগী মফমদা ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা প্রার্থনা কচ্চবি। মসি কবিগী অবোয়বা পুন্সি খোঙচৎকি লম্বী তাকপনি অন্তকালগী পুংফম অদুগী লম্বীনি মদুনা তাইবঙ মপু মানা কবিগী থম্মোয মীৎলমদা শাফোংলক্কুনা মীৎযেং শানখৈবকখি -

চানবীদুনা ফিজং হাযদোকপীবম্মী
চৎতবা য়াদে ঙাইহাক্তনি
কুইবোই ঙাইহাক্তনি হাযবাদুম।
অমম্মবু অঙানবনা খুকমজবি।
নুমিদাংৱাইবমগী মতমনি
পোম্বী চেক্লানা
মপুগী কোলোয শোল্লি। (ফীজং মকমদা , লা ১২/২৩)

পূন্সিগী দর্শন-শিবা চংবগী ৱাখল্লোনদা কবিনা নাথৈবা ভৌদে। মহৌশা লাইবেম্বীগী খুৎশেম ফাওবা-হৈবাং লৈবাং, নুমিৎ থা- থংৱানমীচাক, উপাল-ৱাপাল, লাইজ-ঈশিং-মনা মশিং ফাওবদা হৌবা নায, মীওইবসু পোকপা-শিবা নায লৈবাংসু ৱাখল্লোনসি ফাওই। কবি চাউবগী ঈঙেল্লে, থম্বাল উবদা নচিংবা শৈবেংগী ৱাখল্লোনদু নীংশিংদবা ঙমদে কবি ক্ষেত্রি চাউবগী শৈবেংদনা অসুম্না ফোঙদোক্লি। মদুদি -

'ইবেম্মা তাইবঙ লীলা যাওবা লাকপনি
নোকপা কপ্পা মচিন মনাওনি
অৱা নুংঙাই খুবাক খুনমনি
মতম কৌবী লাইবেম্বীনা কনাবুসু ঙাইবিদে
অকোন অহানমক্তনি' - মালিনা পাউ মেঞ্জবকই।

(মবিশুবা মঙ লা ২৯)

কবি ক্ষেত্রি চাউবগী অতোপ্পা মমিং পনবা যাবা শিংথাবা যাবা শৈবেং খবদি-মতমসিগী সমাজগী মশক তাকপা সোসিযেল কন্সসনেসকি ৱাখল্লোন্দা ইবা - ঙাক্তনি সমাজগী অবোন-অথুপ, হুবান-লিচৎ শেল চাবা-পীদবা-কবপসনগী লাইনা-দিজিজ, দিমান্দ লেট্রবগী চৈথেং-চৎনবী অমদি পুবা থাংবা লাইনিং লিচৎকী দেব কম্মগী পোৎযেং শেল অমদি পালাদা (সঙ্কীর্ত্তনদা) শেল থাবগী চৎনবী-নচিংবা কযাগী তোঙান তোঙানবা মশক খবসু উৎলি।

খুদম ঙসিগী দোনেসন দোনেসন

বেষ ওনবগুম
ঝুলি তুপী উপ্পগুম
মন মঞ্জুবী মীংলেন্দা
মীহাৎ খুৎলায কযা পাযদুনা
মজাতি নুংশি শাশিন্নবি। (নুপী শাবী-নুপী শাবী লা ১৩)

লমদমসিগী মীগী মশক অসি তাক্লদুনা কবিনা হাযবি।

খুদম ঃ লমদমসিগী মীসে
মমি শাল্লবা মী মক্তনি।
তম্মলাই ওল্লবনি
হংলাই ওল্লবনি
শেঞ্জাও পাযবগী লাংদা থুববা
লৌনিং চানিংবগী তাৎ পাৎতা ঙাওববা।
লমদমসিগী মী, লা ১৯)

দেব কর্ম্মদা (মকওইনা লুহোংবদা) নট সঙ্কীর্ত্তন শক্লিবা পুঙ যৈবিবা-ঈশ্বরগী (বাধা কৃষ্ণগী) নত্রগা মহাপ্রভু চৈতন্যগী নাম শোল্লিবা জয ভাই নত্রগা নিত্যাহপদ (লৌবিবা) থম্মোযগী শক্তম যেকপদা থম্মোযগী লিচৎ-শাজৎ উৎপদা। কবেন্নবা মওঙদা অসুম্না কবিনা হাযবি ঃ-

কোক্তা কোকচাও কোযেৎ যেৎলা
লৱাই লেম্ফুদা চিখাজাউ থেৎলা
খুত্তা কোর্ত্তান-মাঙ্গং খিংলা
ফৈজোম কুঞ্জনা শামু সনাতোন শাবা
নমদা ফি থোঙদা
মবোল মবিল খঙদা শকশোল্লিবা
ৱার্ম অপ তৌবি খৈনি উমলি.
বেঙ্গলিলা বেঙ্গলি নৎত
ত্রিপুরীবা ত্রিপুরী নৎত
অথালি পাথালি শান্নবি।
লুহোং শোবাত দেব কর্ম্ম কুম্মৈ ফিযোংদা.
তাৎ পাৎ থোক লিলাগী সঙ্কীর্ত্তনা। (থোকলিলাগী সঙ্কীর্ত্তন লা ৪২)

মদুনা কবিনা লৈবাক অসিগী ফম্নাইবা-ফমলেনপুবশিংবু মশক তাক্লদুনা থমোয়না ঐখোযগী পোক্লফম লমদমসি লৈখা তাহল্লে হায়বদুনা চৈবি।

যোংগী লৈবাক অসিদা
লমহুইনা লৈঙাকলম্বা
হৌজিক্কা গধানা কৈশাল শাবে
কৈশালনা যোংমখৈ তোবাতুনা চাগদৌবি .
কযাদা লাইবক থিগ্রবা লমদমসে (যোংগী লৈবাকসিদা লা ৪৭)

মদুনা কবিনা লমদমসিগী নাৎ, লাইনিং-লাইশোল, চৎনবী অমদি লমদমসিগী ওইবক্লিবা ফিভম অমদি তুংলমচৎতা ওইবক্কদবা ফিভম অদুগী চনৈনবা মশক্কু উৎলি।

লাইবৈবাক মণিপুব
নাবক কোমদা তাদুনতা লৈববা।
নিশা কযাগী মকোন
লাযনা কযাগী মকোন
অপণ্ড লাইগী যাকাবুঙ
শুমাঙ খুদিং সঙ্কীর্ত্তন উমশাইনবা
জগোই বাসনা থাবাক ফুল্লবা
হোমো শাবা শাবীগী লৈবাক
মোইবুং খোংলা জযধবনি লাউবি।
(মোইবুং খোংলি লা ৫২)

ব্রাবোইশিন ঃ-

কবি ক্ষেত্রি চাউবা গী শৈবেংগী পুককৈ-লনগৈ-মপান নাইদে। মসি কবিগী পুস্তিগী শাংলবা খোঙচৎকি মমিনি। নিংবা থুংবা পুস্তি পন্থুংগী পোলোইগী লম্বীনি। মীংচৎ থনমগদবনি-শেন-থুম, ম্না লুপা, ফুবা দলাননা খক ওইদে। সাহিত্যদা কচ্চবিবা খুদোলদি লেম্না খক মাংবা হৌনদে। পুস্তিনা লাইবমলেনদা তিনখ্রবসু সাহিত্যগী মীংচৎতি লৈহৌবগনি। কবি ক্ষেত্রি চাউবা বোমান্তিক কবি অমা ওইনা ট্রেদিসনেল কবি অমা ওইনা মণিপুবী সাহিত্যগী ঈচেলদা অচৌবা মফম অমা নোংমদি শোযদনা লৈবগনি। ঐখোয়না মতমদু ঙাইখিবা তাবি। ঐখোযনা কবিবু মশক খংনবা হোংনবা হায়বসি থেংমল্লবনি। অদুবু কনানদি অতম্রনা থৌগাই লৌবিগনি ?

শিংজমৈ ইম্ফাল (ডাঃ শবতচন্দ্র লোংজাম্বা)
য়ুমশকৈশা ওগস্ট ৭, ২০১৩ দি. এম কলেজ ওফ আটস, ইম্ফাল।

# থাগৎচবা

ঐগী ইয়াম্বা ক্ষেত্রি চাওবনা চহি ১০ তবা গী মমাংদা "তেখাউ পাৎকী শোন্নলৈ" মিংথোনবা কবিতা ভোলুম ৩ ফাওবা ফোংখ্রে। অসুক্কী মতিক ফজে। প্রেম বসতা যুমফম ওইবনি। ঐসু অঙম্বা মতেং হোৎনজখিবনি। অহল ওইবক্লবা মতম ওইবকলবসু ইয়াম্বগী কলমদি লেপ্পা লৈত্রি। চেম্ববি কলমগী মচিন্দা "তেখাউ পাৎকী শোন্ন লৈগী" মকমদা ঙসিসু "ফীজং মকমদা" মিংথোনবা কবিতা ভোলুম ১ অমসু মীযামগীদমক কৎথোকচগে (ফোংদোকচগে) খন্দুনা, ফজে অসুক্কী মতিক ফজে -।"ফীজং মকমদা" নহাবোনশিংবুসু পুক্লিং থৌগৎপা সমাজগী চৎনবী কযানা যুমফম ওইবনি।

নিংবু নিংববদি নুং ফাওবা ঈশ্বর ওই
নিংববু কল্লবদি ঈশ্বরগী নোংদমনি
নুংশিবনা হাল্লরে লুকমাইখল্তা রাইথিনা জগোয শারি।
খংনবনা কোল্লরে তেংথাখোন কনানা চারি ?

ইযাম্বাদুনি ইযাম্বগী থম্মোয়নুংগী রাখলসে ফোংদোক্লিংবা রাহে কযা " তেখাউ পাৎকী শোন্নলৈদা" মীযামগী মফমদা খুদোল তমজখ্রবনি ! প্রেম বস প্রেম অভিলাস তনা থল্লবা কবিতানি ! ফজে।

অবোইবদ ঃ-

ইযাম্বা, পুন্সিখো, মীযামগী সেবা তৌবিখো । য়াইফা মঙ্গোল পিজবি। জয় মঙ্গোল ইযাম্বা ।

ইতি
নিংঙোম্বম ইবোতোম্বী
থোংজু পাট টু বোবোই মখোং, ইম্ফাল তাং ৭/৮/২০১৩

# ব্রাহৈ খরদং

লামায় ১০১ পানবা, শৈবেং ১১৩ যাওবা, ঐহাক্কীদি মামো থোকপা, ক্ষেত্রি চাউবানা ইবা শৈবেংগী লাইবিক অসিনা ঐহাকপু অনৌবা শৈবেংগী লমদম অমদা পুদুনা চংলি। পুঙ্গিদা শৈবেং কয়া পাগ্রে, নৈনগ্রে। মখোযগী লৈনমনা থম্মোযদা চুবি। মবুক লাম্বা মীনা এনশাংগী মহাও থিবক্তবগুম, শৈবেং খুদিংমক্কী লৈকাদা পকলিবা লৈহি খোম্বদা চোকথবা লৈত্রি। কবিগুম্বগী লৈকাদা খোযথুম্নববা লৈহিনি চোল্লমই, কবিগুম্বগীদনা অখাবা মহাও থেংনকুবসু যাওই। অদুবু শাংলিবা লৈবাংগী ফজবনা পুক্লিংবু ফাথকুবা ঙমখিদে। শৈবেংগী ফজবদি ব্রাহৈ অমত্তনি, পবেং অমত্তনি, মযেক্কী ইপোম খবতনি। মদুবু থেংনকুবদা কযাদা পুক্লিংদা অপেনবা পোকলুবা, চনিং লৈত্তানা মহাও তংনিংখি। শৈবেংগী শুমহৎযাই অসি কযাদা ঙকখ্রবনো !

মামো ক্ষেত্রি চাউবাগী শৈবেংশিং অসিনা অপাবশিংগী পুক্লিংবু নোংলৈ-নুংশিকুম্না হুমদুনা পুগনি হাযবদি হাযবা ঙমদে। অদুবু শৈবেংশিং অসি পাকুবগা মহাক্কী থম্মোযদা যাকাবক্লিবা অশৈবা অমগী যাব্রা খবদি নিংথিনা তাবা ফংই। লৈশি-লৈথোন্না হাযবকপা শহুম নংতে, অখাক-অবাওগুম্ন। পুক্লিং থুকহল্লবসু নত্তে, থম্মোযদা চৈনা পীবম্বসু নত্তে। অদুবু শৈবেংবু পামজবা, শৈবেংনা লাইনিং ওইনা লৌজবা নিপা অমগী থম্মোযদগী থোকলকপা ইতিং-তিংবা ব্রাহৈগী লৈনাশিংনি। অইবা অসি শৈবেংবু যাম্না নৈনকুবা মীশকসু নত্তে, শৈবেংগী চংনবিবা কাংলোনসু কুপ্পা থিজিল্লুবসু নত্তে। অদুবু ইদবা ঙমদবনি, তুম্বা-চাবদা শৈবেংবু থাগোন্নজবনি, শৈবেংগী মাযথোং উবগা পুক্লিং পেন্না নোকচবনি, শৈবেংদা ঙাওজবনি। মসিদগী হেনবা অইবা অমগী মগুন-কবি লৈবি ?

শৈবেংগী তাইবংনি। মতৎ মতৎ শম্নদ্রবা থৌদোক কযানা শৈবেংগী লৈবাং পবেং শেমলি। ইদবা ঙমদবনি, হাযদবা ঙমদবনি। মাংদা উবিবা থোকলিবা থৌদোক-ব্রাথোকশিং অসি কবম্না অইবনা ফোংদোক্তুনা

লোৎশিন্দুনা থমলুগনি ? ফজবা-অথিবা পুম্নমক অইবগী থম্মোয়না লৌশিল্লি, ফোংদোকলি, লাওনা হাযবি, তাননবা লাওবি। কবিগুম্বা অপাবশিংনা অইবগী থম্মোযদা ফাওবিবা ব্রাহৈগী লৈনাশিং অসি থেংনকববদা নিপা অসি ইচম-চম্বা নত্তে, থম্মোযনুংদা শৈবেংনা মৈশা লাংহল্লিবা মীশকনি হাযবসি শোযদনা খংগনি। শৈবেং অযাম্বদা ফোংদোকলিবা মশক্তী লৈবাক অসিদা উবিবা তৌশিন্নবা শাশিন্নবা, মনুংগা মপানবা খেন্নবা, নোংম-নোংমগী লৈনাংনা কুম্বং শাবক্লিবা, কাযথবক্লিবা, নিংখাযবক্লিবা লমদম অসিগী মাযথোংনি। কবিগুম্বা অইবনা মহাক্কী থম্মোযগী লৈতাদবা তপথদবা, নুংহিক্রবা মশক উৎলকই, কবিগুম্বদনা লিবি লিবি শিংপা নুংশিংকুম্না মহাক্কী থম্মোযদা হুমলকলিবা অপাম-নুংশিগী শকলোন অসি ফোংদোবকই, কবিগুম্বদনা চৈথেংগী মখৈ ফংলবা মীনা কংলবা মীনোক অমতং চীনবান্দা ফাওবকপগুম লমদম অসিগী অথিবা শকলোনগী মবক্তা মোমোন মোমোন নোকলকই। পুম্নমক অসি আইবগী শৈবেংগী তাইবংনি। মহাক্কী থম্মোযদা ফাওবক্লিবা যাব্রাশিং অপাবশিংগা শকক যামিন্নকবনি।

মণিপুব শৈবেংগী হৌজিক ওইবিবা খোংচৎ অসি যাম্না লমফাংলে। ঈবোং কযা শেমখ্রে। ঈচেল কযা অমগী ঈতিনফমসু ওইবি। মসিগী ঈচেল মবক্তা অইবা অসিগী শৈবেংগী ঈবিক খবদং তিনবা ঙম্লবদি অইবগী মংলান শোযদনা মংফাওনবে খনগনি । মনিপুবগী শৈবেংগী চাওববা যুমজাও অসিদা অইবা অসিগীসু ফিদা অমতং পীদুনা শৈবেংগী লিকলমদা ঐখোয পুন্না চৎমিন্নবি হাযবগী ব্রাখল অসি ফাওহনবা ঙমলবদি মসিনা পাঙ্গল ওইদুনা মতুংদসু অইবা অসিদগী শৈবেংগী খুদোল শোযদনা উবা ঙমলক্কনি। মসি ওইবা ওইসনু হাযবা থম্মোয শেংনা ঈশ্ববগী খুকমজবি।

লোংজম জয়চন্দ্র

কৈশামথোং।

২২/৮/২০১৩



# থম্মোয় পাউদম খোল

পুম্নমকপু,

নোল্লুকচবি

লাইবিক অসি ফোংজগে হায়দুনা হোৎনজবা অসি মতম ফনা কুইবে। পাংদবদগী মযামদা খুদোল তমজবা ঙমজদবনি। চহি যামশিল্লক্লবা অসিদা ময়ামগী কবিগুম্বা থবদংদি কান্নগদ্রা খনজদুনা থম্মোয নুংদা ফুমদ্না লৈবিবা অদু মযামদা ফোংদোকচবনি অবান-অহুই যাওববসু ঙাকপিগনি।

ফোংজবা ঙম্লবোইদ্রা হায়না অহিং-নুংথিল পুম্নমক্তা লাইশোন ওইনা লৈজবকপদগী খ্বায পুম্নমক্কী থৌজানদগী ফোংজবা ফংজবনি মসি ফোংনবা হোৎনবদা পাঙ্গল-লৌশিং অমশুং শেনগী মতেং পাংবীবকপশিংবু ঈশ্বরনা থৌজানবীনবা হন্না হন্না খুকুমজবি।

অবোইবদা

লাইবিক অসি পাবীবগা মমুৎতানা মচা খাযনা অবান-অহুই যেংবীবগা মথ্বায-মি হাপ্পীবকপা ইনুংলোল মমুৎ তানা খঙলবা ওঝা গুরুশিংগী মফমদা হন্না নোল্লুকচবি। হাযনবা লৈ ইনুংলোল খংবা মাইচৌশিংদি মতম অহুমগী থৌদোক ব্রাথোক মমিৎ উইশিল্লগা হাযবা ঙম্মী হাযনৈ-শোন্নৈ। অদুগুম্বা অখং-অহৈ কযানা চহি কুন (২০) লাইকন্নবা যাদনা কুমলাইনানা নাদুনা লৈবক্লবা “ফীজং মকুমদা” মিংকৌজবা শৈবেং লাইবিকপু মথ্বায হাপ্পীবগীদমক্তা হন্না হন্না নোল্লুকচবি, তাইবঙ শেম্বা মপুনশু থৌজানবীবা ওইশনু। অমুক্তা হেন্না লৈবাক্কী চবাং-খোইবাংনববা মতমদা ইচা ইবুংঙো মন্ত্রি আই. হেমোচন্দ্র-না মমল যাল্লবা মতম কায়থোকপিদুনা কবিশু খঙদনা ইজবিবা লাইবিকপু য়াইফ পাউজেল পিবীবকপগীদমক ইচাবু মতম পুম্নমক্তা নুংঙায য়াইফবা পিবীবা ওইসনু হায়দুনা ঈশ্বর মফমদা ভক্তি কচ্চবি। পুম্নমক অসি ওইথোক্লবা শিনবীবিবা থৌজাল হৈবা প্রেসকী প্রোপাইটব লাইশ্রম জিলা মৈতৈনা খুদক-খুদক্তা পুম্নমক নংনবা পান্বোম তিংবীবগীদমক্তা মপু ইবুংঙোদা পাঙ্গাল লৌশিং ব্রাত্তা-পাদা পুম্নমক পীনবীবা

ওইসনু হায়না খুবাম চাংজৌ তবা লোন্নজবি।

শৈথাজবা ঃ-

১

শৈথাজবি খবা অসে
থম্মোযদা ওমদুনা লৈবা
মৈগী-চীঙ্গুম্বনি।
চীংনা খাঙবা ঙমদদুনা
পোকখাবগুম
ঐ শু শৈথাজবনি।
পোকখাযবকপদা যাউবকপা
সনা-হিদাক মচী অদুতংদদি
শযেং মিংসেন ওইনবা লৌশিনবীযু।
হুনি, হুনি, হু
শকযেং মিংসেন ওইববদি
শোয়দনা উগনি ৱাখল লৌশিং।

২ ৩০/১২/২০০৪

মহাক ঃ-

পুক্নিংনা অমকপা লৈত্রবা মতমদা
মহাক কৌবা মপুনা লেংশিনবীবক্কনি
থম্মোয লাইযুমদা।
ৱাতেমবীগনি লৌশিংগী পাম্বৈনা
মালেম যাইফনবা
অমত্তা ওইবা মীৎযেংনা।

নোল্লুচবিবা
ক্ষেত্রি চাওবা
চীংঙামখা ক্ষেত্রি লৈকাই
১২/৮/২০১৩

# য়াওফম তাকপা


| | | |
|---|---|---|
| ১। | নহাবোল | ১ |
| ২। | যোল্লি কবিগুম্বা খবদং | ১ |
| ৩। | ফীঙৌ ফৌবনু | ২ |
| ৪। | অনৌবা চহি লাকসিদা | ৩ |
| ৫। | পুক্লিং লৈতানা পাল্লশি | ৪ |
| ৬। | শামু-মবি পৎ-তৎ কৈথেল ব্রা-কায | ৪ |
| ৭। | কবি ওইবশিবা | ৫ |
| ৮। | অদুম লুপত্রবনি তিনত্রবনি | ৬ |
| ৯। | লমদমসিদা সোব হোনগদৌ লুবে | ৭ |
| ১০। | লৈ লাংবা | ৮ |
| ১১। | মীওং মৈশা মুথংলশি | ৯ |
| ১২। | অসি মতংদি অবোইবা ওইনা নিজখিগে | ১০ |
| ১৩। | নুজা নংবু কনানো | ১১ |
| ১৪। | হেঃ কাম ধেনু | ১২ |
| ১৫। | কবেবৈ কৌবী লৈবাং | ১৩ |
| ১৬। | নুপী-শাবী-নুপী-শাবী | ১৩ |
| ১৭। | শোযদনা থৌজাবীবক্কনি | ১৪ |
| ১৮। | উদ্রবসু পিবাংদি শিন্থবি | ১৫ |
| ১৯। | থিজবী নংবু মফম খুদিংদা | ১৬ |
| ২০। | ওক্রবেন মথি ফোঙবা | ১৭ |
| ২১। | কলিগী থাংশাং | ১৮ |
| ২২। | লাইশু খঙদ্রি মযেক চত্রি | ১৯ |
| ২৩। | লমদম'সিগী-মী | ২০ |
| ২৪। | তেলঙ্গা | ২১ |
| ২৫। | শিবা-কন্থা | ২২ |
| ২৬। | ফীজং মকমদা | ২৩ |
| ২৭। | ইশু বোবোৎ মান | ২৪ |
| ২৮। | শানৈ যুনৈফম | ২৫ |
| ২৯। | খাঙবা-ঙমদবা | ২৬ |
| ৩০। | মালেম কবম্লো | ২৭ |
| ৩১। | মবিশুবা-মঙ | ২৮ |
| ৩২। | মন্ত্রি হৈক ওকপা | ২৯ |
| ৩৩। | খুম্মুবা অমুক্তা | ২৯ |
| ৩৪। | শামু চনিং পেনা খোঙবা | ৩০ |

# য়াওফম তাকপা


| | | |
|---|---|---|
| ৩৫। | অঙকপা ফিভম | ৩১ |
| ৩৬। | ঐনা নংবু নুংশিবা | ৩১ |
| ৩৭। | অনিশুবা কুক ক্ষেত্র লানফম | ৩২ |
| ৩৮। | টেস পবিক্ষ্যা | ৩৩ |
| ৩৯। | লূ নুঙগী ঙাখা খাজীং | ৩৪ |
| ৪০। | লোক্তাক পাত্তা লুপত্রগনি | ৩৫ |
| ৪১। | বোক চাক-থাক | ৩৬ |
| ৪২। | মীকিথি মীতম্বাল | ৩৭ |
| ৪৩। | শামু ফাবা | ৩৮ |
| ৪৪। | মবাইবক থিববা নিপা | ৩৯ |
| ৪৫। | বিষ্ণু প্রিযা মৈতৈ | ৪০ |
| ৪৬। | পোলোয শেৎপী | ৪১ |
| ৪৭। | করোং চাক যুঙ্গদৌবি | ৪২ |
| ৪৮। | চীংনা ঙ হৎকী কোম'দুদা | ৪৩ |
| ৪৯। | খোর্কালনাগী সঙ্কীর্ত্তন | ৪৪ |
| ৫০। | শামু মখোঙ | ৪৫ |
| ৫১। | মল ওনবা মাল্লি | ৪৬ |
| ৫২। | ডিমান লেটল পাযদুনা পৈশা খোল্লি | [illegible] |
| ৫৩। | লেংনবি মহাকপু | [illegible] |
| ৫৪। | কংল্লাই চুনবা লমদম | [illegible] |
| ৫৫। | হোংগা লৈবাক'সিদা | ৪৯ |
| ৫৬। | অমুক হন্না খোক তৌবিনরুগ্ন | [illegible] |
| ৫৭। | গুণ্ডা ব্রহ্মাস্ত্র ফংলবান | [illegible] |
| ৫৮। | নমপোট পোটবীবে | ৫১ |
| ৫৯। | কুম্মগী কুম্মো মক্তা | ৫২ |
| ৬০। | মহাক লৈতে কনান হাযবিবা | ৫৩ |
| ৬১। | মোইবুং খোংলি | ৫৪ |
| ৬২। | ফিবাল তৎলবানাৎ | ৫৫ |
| ৬৩। | নমথুক হুক্রি | ৫৬ |
| ৬৪। | ইবুংঙো মাবু নিংশিংলল্লোই | ৫৭ |
| ৬৫। | কনানো অথৌবা | ৫৮ |
| ৬৬। | লাই মিনম চাবে | ৫৯ |
| ৬৭। | গৌববু নুংশিজবা | ৫৯ |
| ৬৮। | হৈবাংলিঙৈদা-যুবাংবা | ৬০ |

# যাওফম তাকপা


| | | |
|---|---|---|
| ৬৯। | গৌব-ভাব | ৬১ |
| ৭০। | হাঃ উবোক | ৬২ |
| ৭১। | কু মকপকী কু মকুপমক্তা | ৬৩ |
| ৭২। | ঐ যাওননিংলে | ৬৩ |
| ৭৩। | ঐ ক্রোবপটিনি | ৬৪ |
| ৭৪। | পুংযৈবা চোলোম তৌ | ৬৪ |
| ৭৫। | ফুগাযনা শাৎলিবা থম্বাল | ৬৫ |
| ৭৬। | নবাইবক ফৈদকো | ৬৬ |
| ৭৭। | শল্লাংগী লৈহাউ | ৬৭ |
| ৭৮। | সনাগী কৈবাক থাবি | ৬৮ |
| ৭৯। | ঐ চুবাম্বাবনি | ৬৯ |
| ৮০। | চৎনদ্রবা অশিবা চৎনবি | ৭১ |
| ৮১। | হবি নাম-মহা মন্ত্র | ৭২ |
| ৮২। | [illegible]খাউল থুম্বনি থুম্বনি | ৭৩ |
| ৮৩। | [illegible] মণ্ডপসি কনানা থাদংপা [illegible] | ৭৪ |
| ৮৪। | [illegible] অহিং যাবেক্র [illegible] | ৭৪ |
| ৮৫ | [illegible] শোয়দনা নিংশিংলক্লনি | ৭৫ |
| [illegible] | [illegible] জ[illegible] [illegible] | ৭৬ |
| [illegible] | [illegible] | ৭৭ |
| [illegible] | [illegible] | ৭৮ |
| [illegible] | [illegible] চাংযেংনাবিবা | ৭৮ |
| [illegible] | [illegible] | ৭৯ |
| [illegible] | [illegible] | ৮০ |
| [illegible] | [illegible] লৈবাক | ৮১ |
| [illegible] | [illegible]কৎ [illegible]লৈকৎ [illegible] | ৮২ |
| ৯৪। | পোক্লফম | ৮২ |
| ৯৫। | কীজং মকমদা | ৮৩ |
| ৯৬। | অওইবান-অওইবা | ৮৪ |
| ৯৭। | ঐনা হাৎপনি-হাৎপনি | ৮৪ |
| ৯৮। | অহুম শুবা মঙ | ৮৫ |
| ৯৯। | ইপা ইপা কৌজবি | ৮৬ |
| ১০০। | শগোল হঞ্জল কৈনা চায | ৮৭ |
| ১০১। | হৌদোং-লম্বোইবা | ৮৮ |
| ১০২। | অশিবা লৈবাক অদুদা | ৮৯ |

# য়াওফম তাকপা


| | | |
|---|---|---|
| ১০৩। | লাইরবা | ৯০ |
| ১০৪। | কংফালদা তেখাডল্‌ থুম্বা | ৯১ |
| ১০৫। | মহা প্রসাদ ফংনিংদ্রে | ৯২ |
| ১০৬। | শৈথাজবা | ৯২ |
| ১০৭। | নুং অনিগী মবক্তা হা ওইবা | ৯৩ |
| ১০৮। | নতিক নগুন অঙকপনি | ৯৪ |
| ১০৯। | কংশগী কৈশুম শং ওল্লে ওল্লে | ৯৫ |
| ১১০। | নুংশি তেন | ৯৬ |
| ১১১। | কবিগীদমক্তা খদাং চিক্লি | ৯৭ |
| ১১২। | মথৌ শংলবা কলম মচিন | ৯৯ |
| ১১৩। | "মহাপ্রভু নম্বো পোবা" | ৯৯ |

# নহারোল

নহাবোল যাওল্লো নহাবোল
অথৌবশা কবি তৌবি
নংথৌ নঙম পাংথোক্লো
মপাঙ্গল লৌশিং ফুদোক্লো ।
নুমিৎকুম মঙান মশেক্লা
মালেমদা ঙালহল্লো ঙালহল্লো
লৌশিংগী মঙাল্লা
ৱাযেল কাটি পাযবো।
লমজিংলো লমজিলো ঐখোযপুন্বা
মীথোয মিহেন্দুনা
মিংচৎ-উবোংখিন্দুনা
ইমাগী-লমন শিংলসি।

************

# য়োল্লি করিগুম্বা খরদং

যোল্লি করিগুম্বা খবদং
কৈথেল খুদিং
মকম খুদং
মচি মযা থাক্লনা
শিংপু শিংলবদি মমল লৈতে
পাই নাতংপি যাওবা যাই।

তৌবদদি যোল্লি হাযব'দুতং
পাযজকবগী ৱাফমনি
মমলদি লৈতবা জাৎনি
যুমগী নুপী অঙাংনা থাজদে
লৈকাই মকপ মপাংনা যানিংদে
ঐতনা ইকায খঙদা যোল্লি

নোংমদি চাবা নোংখন্নদ্রা
নোংমবু লেনখ্রবদি
মথঙগীনা মথঙ্-মথঙ্
যাওন-যাতাবা যাবা সংসাবনি
শিংলোই হায়বগী চিংনবা লৈতে
পৈশিনদবদি যাদে পোৎচং-চৈচং।

*************

## ফীডৌ ফৌরবনু

৩/৯/১৯৯৩

কংলা পুংজাউ থিল্লশি
যাইবী লোক্তা চাক্তাবশি
ফীডৌ-ফৌবনু ।

উতোল ব্রাতোন্দা উবোক তোঙুম
মহুম পোন্দেম শাবগনুবা
মাইবি লাইনাউ তাবগনুবা।

নিংশিংলকই 'চানবা লৈতে তখেনথাং
নোম নোম শগাইতোং'
কোকপি ঙাওনবি।

হাঃ উবোক নমাংশু লাং
নতুংশু তেনগী তেনমক্তা
কদোমদা পাইগদৌবি !

উবোক্লি-উবোক্লি ঐখোযসে
উবিক লুগুন্না ঙৌবি নাল্লিবা
উবোক শঙ্গুগুম ফীঙৌ ফৌবিবা !

বাম-বাম বগলমে চুবী
ঝুক্লি টুপী য়েনপাক চৈশু
লম্বোইবী-লম্বোইবা থোকলিলা।

কোযেৎ ফীশাংনা হায়গৎলাং থাক্লি
কাংলুপ'শে শলংকা শাগদৌবি
কবমনো কবমনো !





শায়োকশংগী উবোক্লা কবয়া চাক্তাগনি
চাংজৌ নাইদ্রবা ইপাক'দুদা
অব্রাবনি অব্রাবা।

ওইজনিংদে উবোক ঙাব্যাকপি
অঙৌবা ফিজোন্না কবি কান্ননি
ব্রাখলনা তায়োনববদা

অফা-অপুনগুম লৈজনিংদে
নোংদোন থক্তা ইনিংতৌনা
পাইজনিংই
ইখৌ পেন্না থকচনিংই লাইজদো।

************

## অনৌবা চহি লাকসিদা

হৃয়েল ১৬/১/২০০০

ঐনা শন্দোক্কনি
নংগী নতিক নগুন
লাইবেম্বী লাইবেম্বা ওইনা
অনৌবা চহি লাকপা'সিদা।

খঙনবিবা ঙাক্তনি
লাই ওইখ্রবশিংগী চৎনবোল
"প্রেম-ভক্তি-ঙাকপি হৈবা"
মদুতনা অবান খুভম ওইনবিবা।

চহি কয়াগু হৌখ্রসনু
লাকসনু কযা -কযাসু
নংগী নতিক নগুনদি
অদুম লেংদনা লৈহৌবগনি।

মীওইবগী ব্রাখল লৈবিমখৈ
হেনগৎলক্কনি অহোইননা
চাংজৌ নাইদ্রবা ইথক ইপোমগুম
মফম খুদিং শিম্থুংনা।

************





# পুক্লিং লৈতানা পাল্লশি

মীগী মমা মোমোন নোক্লুনা
মাযথোঙ মকা লাম্না
মচা মশু নাউকোন্দুনা লৈবিবা।

ইমা নংদি কৈথেল মচি খুদিং
পিবাং শিন্থু-শিন্থু লেপ্লা
তুমিন-তুমিন চোইবোন লোল্লি।

"কবম্বা কান্দা
মীমান্নবা ঙমদুনা
মীবক তিনগবা ঐবু"?

কবিগীনো অশুক পংনা
নংবুতবু ৱাহল্লা পেঞ্জকবা
ঐগী ইবান্নি ইবান্নি।

নত্তা ওইদবদা খোংদাকবে
চৎনবীগি হাযগৎলাংদা থুকবে
হনচক ঙাচক শাকবে।

ঙসিদগী যত্তবা পুম্বা থাদোকচবগে
থৌজানগী লৌশিং'দু পীর্নবিবে
ঐগী ওইবা ৱাখল থাদোকচবগে।

ঐনা মীথিঙ্গাই ওইকবনা
নংনা চাবাম চদিৎনা খাঙবনি খাঙবনি
ঙসিদগী পুক্লিং লৈতানা পাল্লশি।

************

# "শামু-মরি পৎ-তৎ কৈথেল ৱা-কায়

হুযেল ৯/৪/২০০০

নিংশিংলকই ঙসিদি
অহল লমনগী পাউবৌদো
'শামু মরি পৎ-তৎ
কৈথেল ৱা কায'

অঙকপা যাওশংনি য়াওশং
ভোং মতুংগী য়াওশং
পৃথিবীগী মফম অতৈদা তৌনদ্রবা
কুম্মৈনি-কুম্মৈ।

এইস কবপসনগী মকোন'সিদা
মহাদেবনা মনি থানখিবা
জগোয বাস শানখিবা মণিপুব
চিত্রঙ্গাদগী মচাবব্রুহনগী মণিপুব।

সনানা মযুং চল্লা
লুপানা মফেল থোঙলা
কাবণ তুবন লমদম'সিদা
ঐনা নিংথৌ শাবনি।

শোইনৌ হিংচাবী হিংচাবা
কযা কযা থাদোক্লুনা
অমাংবা মহি হৈনহল্লি
লোক তিন তৈনহল্লি।

চাক-চামাংগী কুম্মৈবু
নুমিৎ মঙানি কোম্থদুনা
চহি চুপ্পা মিতানবি
ভোং কাববশু কাদ্রবশু যাওশং।

************

# করি ওইরশিরা

শন্থুংফম ৭/১১/১৯৯৯

ঐনা নংবু নুংশিজবদি
মিৎকুপ অমা ফাওবা কাওঙমদে
পিবাং শিম্থনা নংতবু নিংশিংজবি
খাংফম খঙদবে কবি ওইবশিবা!

লোননা লোননা মিৎ চান্নবা
থম্মোয থম্মোয় শিন্নবা
হায়ফম তৌফম খঙদ-খাঙনবা
কয়াগী মতিক ব্রাখিবা কবি ওইবশিবা!

নুংওন ৱাবি লিনবা
ৱানা ৱানা খাওনবা নত্তনা
কনানা মতেং পাংবা ঙমদা
কবি ওইবশিবা কবি ওইবশিবা!

ঈপাক'সে পাকখবেদা
লুপ্লু-লুপ্লুববা মহাক'দো
ইবাক্লবা নত্তনা কবি
কবি ওইবশিবা-কবি ওইবশিবা!

থম্মোয'সি তনিক তনিক্লে
খোংফম'সে লেংবা ঙমলক্লে
লুমথবক্লে তুবোই-ঙাবোইবক্লে
কবি ওইবশিবা-কবি ওইবশিবা।

তাইবঙ'সিদা নংগী ঐগী ৱাবী
মুৎনাইববোই হেন্না হকচিন্নবনি
'অনি'দো-অনি'দো'
কবি ওইবশিবা কবি ওইবশিবা।

নংগী মিৎলু পিবাংগী মমলদি
কবিনা শিংবা ঙম্মবোই
মপোক মপোক তোল্লগনি
কবি ওইবশিবা কবি ওইবশিবা।

************

## অদুম লুপখ্রবনি তিনখ্রবনি

পঙ্খুংফম ৯/১/২০০০

ঐগী দোলাই চাকাদা
নংগী শল্লাংনা যেৎপদা
ঐ খাংঙমদবে খাংঙমদবে।

ঐদি চত্তবা যাদবনি
মপু মাগী লিলানি
নন্দগ্রাম থাদোক্লগনি।

নৌবিবী নংগী শল্লাংদা
ইফুল-ৱাযফুল ইতৈ তৈবদা
ঐনা কবম্মা থম্মোয পুগনি।

তপ্পা ইংনা লৈজ শন্নাংবু
অন্না মৈশানা হিকথবা
চাকাগী পাম্বৈ থুংনা য়েংলিবী।

চৈনা ফংলবী লিল অমোমগুম
থেক্লা খোযনা মবৈ-মবৈ য়েংলকপদা
ঐনা কবম্না খাঙ্গনি।

অদুঙৈ শাইবু খজিক থাদবা
সনাবুল খ্বাঙদা যেপ্পা
মথেক অহুম থেক্লা চৎপদো

নিংশিংলকই।
নংগা ঐগা উনবা খুদিংদা
শম্বুলনা খাংবা ঙমলক্ত-হিকথবকপা
পাম্বোম অনি থাঙ্গক্লুনা লাকশিনব'দো ।

শন্নাং'দো লাকশিল্লু
মফম মতম লৈবি
মপু মাগী লিলা যাওখিশি।

অখাং কনবীনি
অনিংবদা নিংহন্নদবনি
দুর্গা-দেবীগী শাযোন্নি তাকপীত্রবনি।

ঐনা দ্বাবিকাদা লৈববশু
ইবেম্মাবু থক থাদোকচবোই
অদুম লুখ্রবনি তিনখ্রবনি।

************

## লমদমসিদা সোর হোনগদৌ লুরে

হুইযেন ২১/৬/১৯৯৪

মকোক যাওদ্রবশিং'দুনা
হোঃ লাউবদা
মযাম পুন্নমক হোঃ লাউবি।

হাঃ-হাঃ লাউবা লাউবি
ইসঃ-ইসঃ হাযবা হাযবি।
খঙদুনা হাযবদি নংত্তে।

ঐদি সোব হোনগদৌবা লুবে
মখোযগী হোঃ-হোঃ-এসঃ-এসঃ
হাযঃ-হাযঃ নিংখিগদ্রা হাযদুনা।

বোয কোৎ, বেলি, চাকাবন্দ
চাকলেম চাবশিংগী থৌইনশিন্দ
কমলাক কুক কানবে।

চৎবিনি ধর্ম্মনি হাযদুনা
অমন্বদা লাউবি
অমন্বদা তুংইল্লি।

হোযদুনা পুবি
কোল্লগী ষনগুম
মনিং মমাং খঙদনা।

মমিৎ খুমজিল্ল
কোযনা কোযনা চৎপগুম
চৎনদ্রবা চৎননি কযা।

লানগী বোজাই ব্রালামক্তনি
চৌকিদাব ফমদোন্দগী হেন্দ্রবা
অঙকপা ব্রাযেল পাথাপ।

মহৈগী লাইবেল্লী মিকপ থোকপিবো
লৈবাক সে মাংখিবা তাবে
লৌশিংগী মঙান পিবিবো।

************

## লৈ লাংবা

পুম্বুংফম ১২/৩/২০০০

ইবেম্মা বাধে পাম্মুবী
ঐনা নংবু নুংশিজবদি
কবিবু হাযনা পাউদমশিগে।

নংগী ভক্তি প্রেমদা
ঐ লৈফম খঙদবে
কবি'মতা নিংশিংবীদ্রবা ?

ঐগী থব্রাযনা
নংঙোন্দা লুপখিবা নুমি'দুদা
ঐ'সে ইবেম্মগী মিবেল ওইখ্রবনি।





লেমহৌবিবা মমি মচিৎ'শিনা
চৎলি হিংলি তাইবংদা
মথৌ মওম পাংথোক্লি।

তুম্বা হিপ্পা-চাবা
মফম খুদিংমক্তা
মিবেল হুল্লিমখৈ হুল্লি।

চান্নবি ঙসি'সে লৈবাংবা নুমিৎনি
অঙাংবা অতোব গুলাব'সে লৈবাংজবি
লৎনা থানদনা লৌশিনবিয়ু।

************

## মীওৎ মৈশা মুখৎলশি

পুম্বুংফম ৩০/১/২০০০

লমদম'সিদা চহি তবেৎ খুন্তাকপগুম
খুন্তাক লালশিন্নহল্লিবা কনানো
পাকিস্টানগী খুৎনেক্লা
নত্রগা নবন্নাই ব্রাখল্লোল্লা
অদুঙৈ লোযলম শন্দোকপা
হীবোই বৃটিস অমসুং পটুগাল গুম
ব্রাবে-ব্রাবে ইবমদম'সে ।

ফত্তবে হাযবা ইংবেজনা
কনবিখি খুন্তাক লানশিকবদগী
যোংগী তাৎ ওইখিবনা
কযাদা ব্রাখিবা মালেম পুম্বা
ঙসিসু ব্রাবিনে অহৌইননা অদুম
লৌশিংগী মঙান ফংনববা মতম্লি
মীওৎ-মৈশা মুৎহল্লশি।

হীংচাবগনু খুৎনেক্তা
নশানা-নশাবু লমজীংলো
তুংগী শুবোন চাবোনগীদমক্তা
“চহি তবেৎ খুন্তাকপা ”
কনানা কাউনবি
মাদুগী মহৈ ফংনিংদে ঐদি
অদুবু কবিগী মীহৌকবিবা।

************





# অসি মতংদি অরোইবা ওইনা নিজখিগে

পুম্বুংফম ১৩/৮/২০০০

নুংশি লাইমনদি
অসুম অসুম
হেনগৎলকই ইনোৎ হাপ্নগুম
নংগী-নুংশি পুক্কৈদগী
থিংবীনবা কনা লৈতা
ইসঃ-ইসঃ-ইসঃ
ব্লাববনি ঐদি
বৈতবনী তুবেল লানবা হায়ব'দো
অসুক ব্লাবমগদ্রা ।

নুংশি নংগী ঈপাক লানবদা
কলক চাওবা কনানা
ঐগী অব্লাবা উবীগনি
নংবু কবি পাত্রদা হাপ্লগা
থম্বা যাগদ্রা
পাথোক্লবদি কবি উপায়
থম্মোয় কায়বা নত্তনা
অমঙ য়াইথোং কুমখিনি
নহা-অহল থম্বীবমলোই।

অদুবু
কবিগুম্বা ঐনা হাপ্লবদি
অসি মতংদি
অবোইবা ওইনা নিজখিগে
থব্লাইগা হকচাংগা কাইনবমদাযদা
হবিনাম শোনবগুম
নুংশি নংগী মযেক নিপালগী
নুংশিববা মিংলেন'দো
পুন্সি চেংঙ্গেল ওইজখিগে।

তম্মুগে লাইয়ামদা
ঐগী নুংশিবী মানা পিবীবকপনি
লৈহৌবি মীবমলেন্দা
"তেখাউ পাংকী শোন্না লৈ"

ফীজং মরুমদা 

লৈবাং লৈশাং তমলকওঁদগী
ঐতনা থাজবা চাবানি
নিংথিজবীনি নিংথিজবীনি
চাংদমনিংঙাই লৈতে অমা
মাতনা মহেল্লে থরায়না তাজকবনা।

************

## নুজা নংবু কনানো

পুম্নুংফম ৬/৮/২০০০

নতুং ইনশি ইনঙমদা
কয়া রানা খাংলিবা
যেংখিগনি ইপাপ চেল্লবা
ইমিং'সিনা উদ্রি ফাওবা
লৈমন চল্লবা লৈবাং ওইববসু
পংথববা চিনি চম্প্রাবু
ঈশিংদা তিংলগা তেকখৎপগুম
তিংখিগনি থম্মোয় লাইয়ুমদা
নুংশি লাইজ হাপ্তুনা
তেকখৎহনগনি লৈনা মশিং শুদ্রি ফাওবা।

কবিগী নোংমা নোংমগী নুংশিখি
শকওং-শাদা শকফম মুর্তি ময়াম'দো
উনাবক্তা লোৎলা
কোচী-থাংবগুম
নংতগী নুংশি-শৈহেক শৈদা
খাংলিবনি মৈশালক্কুদা
তেখৎ তেখৎলগা
থোযনা হেন্না নিংথিজৈ
লৈমন চল্লবী লৈবাং ওইজববসু।

ইতিংখিগনি থুপ্লবা থম্মোয় কাচিনদা
মনম্না পলান্দ্রি ফাওবা





খণ্ডহৌবসনু "তেখাউ পাৎকী শোন্না লৈ"
তেখাউ পাৎতা ঙাম্বোযবিবী
শোন্নহৌবসনু মীপুম খুদিংনা
হেক্কুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলসনু
ইবুংঙোঃ মানা চানবীদুনা
মতম পুম্বগী ওইনা
শাৎহৌবশনু।

************

# হেঃ কাম ধেনু

পুম্বুংফম ১০/৯/২০০০

ষণবী ইবেম্মা নংগী নগুন অঙকপনি
বিবাত পর্ব্বদা শ্রীকৃষ্ণনা
মচিন মনাও মঙাগীদমক্ত
হস্তিনাদা লৈবাক নিবা চৎপদা
বিশ্বরূপ পুথোকখিব্য'দুমক
নংগী নফমদা অৱাৎ-অপা লৈতে।

থাঙ্গৈমক শেংনা মাগী শাযোন্নি
লক্সমী ইমা ইবেম্মনা ইকায খুম্নবীবী
নংগী খোম্লাংতনা অমৃত ওইবিবী
হম্বা-হম্বা সুর্তনা শান্তি ওইবিবী
পুম্নমক অমাং-অতা লৈতবীনি
জগৎনা নংতবু শোন্নবি।

ইবুংঙো মাগী মিংলেনবু
নংগী নপালদগী শ্রীগোবিন্দ শক্লা শোন্নবি
অবান খুভম ফংনবি
নহাক লৈবমদ্রবদি
জগৎ কনানা লানবীগনি
হেঃ কামধেনু ঙাকপী শেনবীযু ঐখোয পুম্বা।

************

# কবেরৈ কৌবী লৈরাং

১৯/৯/১৯৯৯

কবেবৈ কৌবী লৈবাংনা
মহাক্তবু থম্মোয় শেংনা
নিংজকবদা শাৎলবে
মহাক্কী-লৈকোন্দা মনিংথুংনা
লৈচল কয়াগী শাথেক্লা
লৈচল চানা চানা
নুংশিবা মনমগা লোযননা
মালংদা হাযনা হুম্না শান্নবি।

লৈতেংবলে মপুগী লৈকোন্দা
অঙাংবা অশংবা অমুবা মচুমচু
কয়া কয়া তাইবঙবু শুমহৎলি
হাঃ কবেবৈ হাঃ কবেবৈ
নংশে নবাইবক ফবিনিকো
নংনা মাপুবু নিংজবা
কনানা কাউঙগ্লোই কবেবৈ
শাৎলু শাৎলু কবেবৈ।

************

# নুগী-শাবী-নুগী-শাবী

ঙসিগী দোনেসন দোনেসন
চাউখৎপগী মতুং ইন্না
লম্নোইবী-লম্নোইবা শাবি।

বেস ওনবগুম
খুল্লি তুপ্পি উপ্পগুম
মন মঞ্জুবি মিংলেন্দা

যেনপাক চৈশু
যুবী খুজাই পাযবগুম
মীহাৎ খুলায় কযা পাযদুনা





*নহাবোল মিংলেন কয়া*
*অহল্লুপ মিংলেন কয়া*
মজাতি নুংশি শাশিন্নবি।

মতুংদা মখুৎ ওইনা লোংথোক্লা
নচা নশু কাচপ্পী
হাপ্পু হাপ্পু নিনবি।

অদুঙৈগী গুন্দা লাম্বোইবা
পংকোৎ কোৎখিবা পংতৈ-তৈখিবা
লম্বোইবা ভিক্ষ্যা নিবশিঙ্গুম।

হৌদোং লম্বোইবগী ব্রাবী নিঙশিংলকই
শিংখবেদা পেবেৎ লৈমাদো
মচা চাউন হোৎনবদা।

ঙসি-ঙসিদমক ওইবি মণিপুব ইমা'সে
ফিজেৎ ফিগায শেক্তুনা
মবোই-মপাং য়োন্দুনা লেঞ্জবি।

নুপা মখেনা হোমো মরুপ লিংদুনা
অথোয অহন তান্নবি
হবাউজবি নুপী -শাবী নুপী -শাবী।

************

# শোয়দনা থৌজানবীরক্কনি

পুম্লুংফম ১৭/৯/২০০০

থব্রাযদগী হেন্না নুংশিবী
নংগী নুংশি ঈপাক্তা তাকবনা
মিৎলুদগী তাবকপা পিবাংতনা
চাউবা চাউববা মুক্তা কযা থল্লা
শক্তম'দু লাকশিল্লা
থম্মোযনা নংগী থব্রায চংজবা
লৈবাংগী লৈশক ওইনা
মফম চানা চানা লৈতেংলা
াগী-থাম্মোয মন্দিবদা ইবাচ্চবি।

হৈদা হৈদা
কবি খণ্ডদনা
নোক্লা চাউবা তাইবং'সিদা
ফোঙদোকবা পাঙ্গলসু লৈজদা
ওম্বোক্লা মপোক থিনা পোকলমখ্রমাল্লে
কনাদা কবি হায়না চংজশিগে
ঐনা নহানমুক্কী মপোক্তা
নুংশিবী নংগী মফমদা
কয়ামুক মীবাইবমখ্রবনো ?

কবম্বা মপোক্তা চানবীগবা
লাংচকবা শক্তম'সিদদি থাদোকপা
শুঙম্মক ঙমজববোই
ইবুংঙো মাদি জীবশিংগী মপুন্সি তাকপিবি
ইবেম্মনা ভক্তশিংগী মবেম্মনি নিংশিবীবি
অনিমক্তা প্রেমগী চন্দন চাইজবা
অসুম অসুম লেঞ্জনিংই
শোযদনা থৌজানবীনবা।

************

## উদ্রবসু গিরাংদি শিন্থরি

২১/৫/১৯৯৪

তাইবঙ কবি উদ্রবা
অৱাবনা ফুম্বংনববা
খোইযুমনুংদগী উবক্তবা
লাক্লি চাবাম চদংনবা লাইববা

শাংলবা লমশাং পুন্সি খোঙচত্তা
কনাগু খুজেং পালোইনদা
চংলি নুংশুক নুংজাননা
তুবোই ঙাবোই।

যেৎ-ওই খণ্ডা
ৱাখলনা লামলি পম্বুংফম
পুন্সি হীবেন্দ ইবাক্লবি
হাযফম তৌফম খণ্ডা।





কনানগু হন্না যেংবীদে
হোৎতি হোৎলি তৌবৈ'দুদা
চাংজৌ লৈবাই মাবি
হিংনিংবগী মৈচাক্লা।

নিংশিংলকই লৈহৌবিবশিংগীদমক্তা
কবম্লা তবা চাদমনি
হাংলবা চযোম'সে
নুংশুক নুংজাননা।

চযোম মাবি হন্না হন্না
চফমননবা কবিগুম্বা খবদং
উদ্রবসু পিবাংদি শিন্থবি
হাংলবা চয়োমগীদমক্তা।

************

## থিজরী নংবু মফম খুদিংদা

১০/৫/১৯৯৮

থিজবি নংবু মফম খুদিংদা
উকম ব্রাকম মবক্তা লোক্লুনা
কুন্বী কালেন নুংশা মবক্তা
ফংবা কৌবতা মবৈতে।

ধ্রুবনা থিবগুম
প্রহ্লদা নিংবগুম
অকি-অখং লৈতনা
কোলোয মিংলেন শোঞ্জবি।

শান্তি কৌবী লাইবেম্বী
কবম্বা কান্দা উনজগবা
ইমাং'সিদা কৈদৌঙৈ লেপ্লীবগবা
থম্মোয লকাদা লেংশিনবীগবা।

নোংমাতসু লেপ্লী যুগবা
ঐগী-লাইববগী থোংজিন'সিদা
থৌনিজগে কবিগুম্বা খবদং
ফিগাউ'সিদা হাপ্লীযুগবা।





মক্তুবা নংগী প্রেম খবা
ভক্তিগী চন্দন
থৌজানগী মৈবা চুখৎপীবো
পংলবা ননাইবু।

*************

# ওক্লেন মথি ফোঙবা

উকংদা ফদি য়েত্তুনা শান্নবিবা
চোইবোল পুবোল লোল্লিবা
মমালোনবু থাদোক্লা
মীবোলনা লাইশোন তিনশোল্লিবা।

মীবোলনা লাইশোনবা
মমাগী লৈযেং ককথংলা
অথৌবাশিংদা চনখিবা
চিবোল হৈবা গবিবনিব্রাজ মহাবাজ।

পামহৈবা হাক্তক্কী হৈরুকনি
ঙসি ঙসি খুন্তাক লানশিনবি
ওক্লবেন ওক্লবনি
মথি ফোঙবনি নমথাক লাইনিং।

কৈনিংচিৎনি কৈনিংচিৎনি
নমথাক লাইনিং লাইশোনগী
তান যাওদনা জগোয় শাবা
পুংলোন যাওদনা চোংবা।

খাঙুথক্তা মাংনবি নহাবোল কযা
লৌশিংগী মৈবা চুখৎপা ঙমদা
শুপনম লাইনিং লাইশোন্দা
'মহাক' কনানো খঙদ্রি।

ব্রাকোয শুদুনা
শেন্দান লন্নী ওইনবি
মশানা মশাবু নমথাক তৌবি
শুমদুনা চাবি মীওইবা সমাজবু।

তাইবঙ-তাই ওন্নবে ঙসিদি
অমানা অমাবু উশিং থওইনদ্রে
লুকলম শেনদা খোঙ্গাই চল্লা
তবামথেল মাংদা থা।

অপঙ থৌনা উৎপনি
ঐ মঙাযবে খৌশাবনি
ঈবোনবু লৈহৎলুবগী ঈখেঙনা
শামান লেংমান্নবা ঙাদ্রিবনি।

নামুংবনি নামুংবনি ইমাবোল নৈহৎপা।
চাবোল-শুবোল মাংতক্লবগনি
নুংশি-পবৈনদ্রি
হিগাৰাই কাপনবি অমনা অমাদা।

মযেক মশোল মুথৎলা
কবি মহৈ ফংলি
'অপং মবল অশিংবনা চাবা'
চাখিগনি পুখম তেঙ্গোৎ যাওনা।

************

## কলিগী থাংশাং

'পোকপগী মহৈ যান্দবে ঐখোযদি
পুল্লোই লোযবগনি কুইববোই নখোয হাক্তা
নবাইবক ফৈ নবক তাববোই'
অহল-পুথাঙ-পৃযানি।

হবাউখি মতম দো ঐহাক উবনি হাযদুনা
অহল লমনলক্তা ফমগল্লি
অশুম অশুম হৌখিবনা উদ্রি
অদুঙৈগী ঙসি ওইবি।

হাযবিবা মতম দো ফৌশংবাইদা শিকি মঙাতনি
ঙাতোন অতেকপা পৈশা অমাগী হুমফুমবিতনি
অদুগী অদুম শান্তি লৈতে
কলিগী থাংশা ঙাইনবি।





মীগা লাইগা শন্নবদি অচুম্বা লিচৎ
নুমিৎ অমাতনা পুন্নমক ঙালহল্লি
থাশি নুমিত্তা পুন্নমক মমমি
মীচংসঙ্গন্দে কনাগী ঙান্দে মমদে।
অচুম্বা থাংশাংনা পুন্নমক হাযবি
নুংশি থৌবিনা পুন্নমক পুল্লি।
কলক মিহৌ পুম্বা কোকখ্রগনি
পুন্নমক'সি উজবদি পোকপগী মহৈ যাঙ্গবনি।
হাযবশনু কলিগী অশাংবা থাংশাং
মাংখ্রশনু ফত্তবা পুন্নমক।
ঙাল্লবশনু 'মহাক্কী' মতিক মগুন
শোল্লবশনু জগৎনা মাগী কোলোয।

*************

## লাইগী খণ্ডদ্রি মযেক চত্রি

মীখা পোল্লিবা ঐখোযনে
মীবোলনা লাইশোল্লিবা ঐখোযনে
মীনাইনি মীনাইনি ঐখোয'সে।
মবোল থোক্তিবা নৰাগুম
হৈনা থাংবা হৈত্রিবা অঙ্গোগুম
লাইশোন তিনশোল্লি মীবোলনা।
পোৎথাংগী লাইশোন তিনশোন্না
বোজাই পুবগুম পুবিবা
খুনেক্কী খুনেকমক্তা।
খুৎথাংদা লাইশোল্লি
খুৎনেক্তা থৌনিবি
কনানা তাবিনি।
কবি তন্নীবক্কনি মপুনা
খাঙুথক্তা মাংখিনি
লৈখা তাখিনি অসুম-অসুম।
মিত্তা লাই উনববা মতমনি
অসিনি হাযদুনা খুদোনবী থিন্নববনি
পুন্নমক্তা থাদোকপা ঙমদ্রবনি 'মহাকপু'।





কদায় কাংলুপ'শিগদি
লাইশু খঙদ্রি
ময়েক চত্রি।

কনাগীসু মীখা পোন্দে মীওইবা
অপংবা নত্তবা'দুদি অদুম অদুম
থোয়না হেন্না নাইথাঙনি নাইথাঙ।

ওইবগুমশি নাইথাঙ
থম্মোয় পেন্না
ঈবোলনা লৈশি লৈথোল্লশি।

ঐনা ঐবু মশক খঙলশি
থিশি হুমশি
থম্মোয নুঙদা লৈবিবা "মহাক"।

************

# লমদম'সিগী-মী

লমদম'সিগী মী-সে
মমি শান্নবা মী-মক্তনি।

তম্মালাই ওল্লনি
হংলাই ওল্লনি

অমম্বা চৎনবিগী থৌবিনা পুল্লবা
খাবৈ-চৈগপ্পা য়োংহীং ফলাংলবা।

শেঞ্জাও পাযবগী লাংদা থুববা
লৌনিং চানিংবগী তাৎ-পাত্তা ঙাওববা।

পুংসেন্দা অনম-অহ চুববা
অবাং-পুবেনগী হংলাইনি-হংলাইনি।

হংলাইনা খুল্লিংবা
লৈকাই খুদিং হংলাইমক্তা।

শুমাং খুদিং জগোই শাবা
হংলাইনা পৈশা খোমলি।

হংলাইনা মরু কোকপীবে
খুল্লি তুপী যানশিনবীবে।

যেনপাক ৱাককক্লা কোংলে
হৱাই চপলনা ফদৎ-ফদৎলে।

লৌজনাম পুজনাম সংকীতন ৱালানা
সিফাই বুট মনুংদা চোংলি।

লাইফদবী পোলোয শেংলা
সিফাই বুটনুংদা লৈ হুকবি।

ঐখোয'সে চুবান্থাবগী
বোডা খাউগী অঙাংমক্তনি।

কলিগী বামোন ক্বাকনি
বোক্কি চাথাক্কি চাকথাক।

বাবলনা ওনবা কলি ব্রাহ্মনদগী
ঐখোয লোৎলশি লোৎলশি।

বাম-বাম-বাম শোল্লু
কৃষ্ণ-কৃষ্ণ-কৃষ্ণ শোল্লু।

************

## তেলঙ্গা

ঐগী তেলঙ্গা ২৩/৪/১৯৯৮
চুমদ্রিং চুম্না পাইখৎলা
নমিৎ-নানা উইশিল্লা
কবিবু থিবিবা ?

অতিযা'দুদা কবি লৈবগেনে
অমাতাশু লৈবমলোই
মালংবগী ঈপোমদা
নংগী ঐগী মবি'সিনা তিন্নবনি।

মবি'সি ঐ খপকে
নং মুন্না ৱাখল তৌ
হাযগৎলু মথং-মথং
তৎহনগুমশিকো মবি'সি।

লোম্বা লৈত্রবা মফম'দু ফংনবা
মবি'সিনা তৎত্রিমখৈ থিশি
মফম দু ফংনবা
মহাক কদাযদা লৈবগে ?

শোযদনা লৈবমগনি মহাক
মবি অসিনা তাক্লি
ঐনা খপ্লা নংনা যাবি
মথং-মথং কাখৎলক্লি।

************

## শিরা-কন্থা

শিবা-কন্থা কযা চৎলি
মচু কয়ানা লৈতেংদুনা
ফীজেৎ-ফীগায মযাম ইন্দুনা
ইবাং লাংশিন্নে
ইখৎ-খৎচিন্নে।

অশি-অনা দেব-কর্ম্মা চিৎথদে
ফীদা থাবনি-থাবনি
মহাক যাউদ্রবদি নামুংনৈ
ইবাং-লাংশিন্নে
ইখৎ খৎচিন্নে।

শিনফমগা-ফীজেৎকা
চাক-চা যুথক
ইস্থোক্লা পক্লখ্রে
ইবাং লাংশিন্নে
ইখৎ খৎচিন্নে।

শিবা কন্থাগী থোক মোক্তা
ভাবোক পুম্নমক পুক্লি তিংলে
পালাগী থোকমোক হঙ্গোইনবে
শিবা কন্থানা হৈকুক মাবি।
পাইটুদা অফং অফং নম্লি।

অবাং-পুবেন হোজংদা
শৈশক-ব্রালশিংনা মকোক লোম্লি
লুপা লিশিং তবাকু· খুদি-থিজগে
উপথুদুনা-তুববশু তুজগে হন্ন-হন্না
ফৈজুম মাযথা যাম্না ফংলবদি।

শৈফম অমাদা দালান শাহৌগে
শৈফম অমাদা মকতি কাব লৈহৌগে
শৈফম অমাদা যুমলেপ চাব তমহৌগে
শৈফম অমাদা ইমৌ থিহৌগে
শৈফম অমদা ইচানুপী থাজহৌগে।

************

# ফীজং মরুমদা

নুংশিজববা মহাক'দুনা
ফিজং মকমদুদা লোক্কুনা
নুংশিবিদু লোক্কুনা যেংলি।

নুমিৎনা চীংযা থাংলক
নোংজাবিলক্তা উবোকপবেং
নুমিদাংৱাইবমগী মতমদা।

তুমিন্না লুমদুনা যেংলিব'দো
নুংশিবি'দুনা উজবন্মী
থম্মোয পুজা ঙমজখিদে।

নুমিৎনা চীংযা থাংলক
নোংজাবিলক্তা চুমথাং খল্লা
নুংদাংৱাইবমগী মতম'দুদা।

চানবিদুনা ফীজং হাংদোকপীবন্মী
চত্তবা যাদে ঙাইহাক্তনি
কুইবোই ঙাযহাক্তনি হাযবগুম।

নুমিৎনা চীংযা থাংলক
নুজাশিংনা কেজনোজ মতম
নুমিদাংৱাইবমগী মতমদা ।

মালেম্মা পম্বৌবু খুকমজবি
নিনি পানবা থাজনা মিতাজবি
অমম্বনা অঙানববু খুকমজবি।

নুমিদাংবাইবমগী মতর্ম
পোম্বী চেক্লানা
মপুগী কোলোয শেল্লি।

ষণবী-ষনাওশু শঙ্গাবক্লে
মমানা মোঃ মোঃ খোঙলি
মচানা হম্বা হম্বা খৌশাবি।

************

## ইশু রোবোৎ মান

লৈমা শিজনা ফমমেন ফমলিবি
ঐগ্যা মচানা কোক্লেনকোক
অতোংবদা লৈথোনবা
অকুৎপদা লৈতৌবা
খৈনা যাংকোক মানবি মণিপুরি।

নিংথৌ পাল্লিঙৈ চুবাম্বাবগী লৈঙাক
ব্রহ্মসভানা নিংথৌ লুশম পাযবিঙৈ
মাংইগা শেংইগা তৌনবিঙৈমতম
অদুগী অদুম চৎনবোল
ঙসি ঙসিমক হিংনম নম্লি।

ইশুনুপীগী মচা শুথাং ঐগ্যা মচানা
মহা-প্রভু শেগাদা যেপ্তুনা পুবক্লা
মফি তোংবি শান্নবা
চন্দন শাপ্পা থাজির্নবিবা
শুম্যাঙ খুদিং চন্দোন শেনখায খোম্লি।

ফীজঙ খল্লা লুকচাউ কৎলি
ইবোলবা, উতি চগেমপোম্বা পৌকুবা
লদ্ মাখন জিলিবী কচৌবি হাবি
লৈ লাংলি পৈশা খুবাম খুবাম
ইস্তোকপা লম্বোইবী লম্বোইবনি।

অথেনপোৎ খাবৈ-চৈগপ ঝুল্লি তুপ্লি
চন্দন-উপু শকযেং মিংশেন উবিক লুকুন
রাকুকাক যেনপাক চৈশু যেস্থৌ
যুবী খুজাই হরায চপল কবি কবি
ইশুবোবোৎ মানগী শঙ্গাই পাথোক্লে পাথোক্লে।

কাবাম চাউবা বাজনিতি ব্রালানা নব্রাংহল্লি
শুথাং বোবোৎ থাঙ্গৎলি কোকতোন্দা
আকাশবানী মহাপ্রসাদি লিযো লিযো
বোবোৎ মাল্লি মবুক হুইত্রি ইকং কং
ঐনা পুক্কে শো লোল্লে দুহাব চংচৈ।

ভি ডি ও নমহৌশি
ফিলম কাপহৌশি
আকাসবানী শন্দোকহৌসি
মোইবুং খোঙহৌশি
পেনা খোঙহৌশি।

************

# শানৈ য়ুনৈফম্নি

হুইযেন লানপাউদা ফোংখ্রে

শানৈ য়ুনৈফমগী লমদমদা
দ্রগ ফোবগী মকোন্দা
কবস্বা নাৎ কলচবনা লৈতেঙ্গনি।
অব্রাইবা তেখাউ লুজাউনি
বাধা কৃষ্ণ লুনুংদা
মার্ব্বাক জগোই শানবি।

ব্রাবক্কী তযান্নি তযান্নি
তন্দন মথিনা পাহোম্বনি
চবোইনা তেতু-তেতু খোঙবনি।
কৃষ্ণ জনম্ম নুমিত্তা
মহাবল্লি যোং চাকথাকফমদা
যোংযাম্না হৈরুক লাকপনি লাকপনি।

চাবাম চদৎনববা যোংযাম্না
অঙম অঙম মুন্নবা
অঙম অঙম শেংনবনি।
ঙসিগী থৌদোক ব্রাথোক
দেব-কর্ম্মা অযা-পুজা লুহোং-খোংদোং
যোংতাৎনি যোংতাৎনি যোংতাৎ।

যোংজাউনা যোংনাউবু তুহৎপা
ময়া খিগৎ-খিগৎত্তুনা ধমকা তৌবা
মী চিক্কে চিক্কে হায়দুনা তৌবগুম তৌনবি।

************

## খাঙবা-ঙমদবা

নংগী-নুংশি মাইথোঙ
কোইবাউনবী মিৎশনা উকুবদা
থম্মোয'সে তনিক তনিক্কে।

তবা তবাববা চিনবান্দা
ঙাংলক তাবা তাব'দো
উকুবদা থম্মোয কায়দৌবে।

মবোল লোল্লিনে মিৎশনা'দো
চাকই হাযবগী মতাগুম
থম্মোয নুঙদা ফুমদুনা লৈবগুম।

নুপা থোকপদি যাদবগুম
ঐনা থাম্মোয় চাক্কা লেনবদো
খঙদববনে নংবু ।

কপ্লিং কপ্লিং মীৎযেংনা
চিনবান থকথা চিক্কা খাঙব'দো
ঐনা কবম্না খাঙ্গনি।

খাঙবা ঙমদে খাঙবা ঙমদে
থম্মোয'দে ঙাওবে ঙাওবে
ফাথবা ঙমদবে ঙমদবে।

খোইমুনা লৈহি চুপ্পগুম
চুকুপ চুকুপ পেন্না চুপ্লিংলে
হন্না হন্না মীৎসনা যেংনিই।

মসিবু খুৎশেন্না
মহৌশা কৌবি লাইবেম্বীগীবা
ঐদি খাঙবদা ৱাবে।

মযাগী সংসাব ওইবমাল্লে
লাল্লগে ঈপাক'সিদগী
লোম্বা নাইদ্রবা মফমদু ফংনবা।





## মালেম করম্মো

ইমাগী মবৈ কনা থদৎখবে
ফত্রবা কনাগী রায়েল কটিনা চপত্রবা ?
নুঙজ্রেং-কৈজ্রেং কনানা লংশিনবা
মমিৎ-মনা পুমচোৎ-চোৎ উদবে কবিমত্তা।
ইমাগী মকোক্তা কনানা সম্থি তৈশিনবা
পুমশিন হৌবে পুমতাং তাংলে।
ইমাগী চবম কনানা মেৎপা
ঙসি চাবাম চদৎননা খাঙলিবা।
মবোলশু থোক্তাবে মনাশু তাদ্রে
লানব্রা চুম্রা হোয়-হোয।
হাঃ হায়বা লাল্লোই-নৈ
হোযঃ হায়বা হোযা ফৈ।
হবাউ মথোয কামল্লে
খেনমনল্লে কেবাক থোক্লে।
অঙম্বনা লৈহৎলি মালেম তৌবাতুনা
শেঞ্জাউ পাযবনা মখাযাৎ লাউনা কাথোক্লি।
অচৌবা ঙাজাউনা মচা যোৎপগুম
অকন অথৌনা শুদৎপিবি লাযবববু।
কাযনববা মমানা কবম্মা হিঙ্গবা
কনশি ইমাবু শেঞ্জাউ পাযবগী খযাত্তগী।

************

## মরিগুবা-মঙ

থৱান থানা হৌথ্রবদা
লাংবল থাগী লৌচি কোযবা ঙমদবা মতম
মালিকা কৌবি লৈবাংনা
মতাবোই থাজনা অহিং মিশেং খাঙমিয়কবা
নুংথিল পোবোপ্তা লৈমল চল্লক্লে।

হিকথববা মালিকা উকবদা
মালি অদু হাযফম তৌফম খঙলমদে
"ঐখোয মীওইবশু লৈবাং মাগা পাঙখক্লি
ঙবাংতনি থাজগা মোমোন নোকমিন্নবম্বা
ঙসিদি হিকথবেদো লৈমাযথক্তা"।

অহিং-তাংলৌ থেংলক্লবদা
মালি'দো নিদ্রাদেবীনা শুল্লক্লে
মবিশুবা মঙ মঙলক্লে
মঞ্জুনববা খুদৈ অমা শেৎলা
ঙাওবি-ফৈবি নোংলক্তা লাক্লি।

অশুম-অশুম লাকপ্লা মহাবল্লি উমংযৌবক্লে
নোংথাং মশেক মঙাল্লক্তা
মঞ্জুনববা পুঙৌ ফনেক অমা শেৎলা
কোক্তা খুদৈ মতেক অমা কুপ্লা
নুংশুক-নুংজাননা নুজা অমা তাশিন্দুনা

ফমলম্মী।
'কবি কবম্না' সিদা
কদায লেঙলুবগী ইচোৎ-চোৎ
হকচাং'সি যাম্না ঙমদনা
ঙাইহাক্তং চনিং তবীযু
পাউমেঞ্জবকই মালিনা।

খুদৈ মতেক দুনা মশা পুম্বা নাম্থোকপিবম্মী
মালিকা ব্রাখল লৌশিং লাক্লে
'হাযফম তৌফম খঙদা মফম'সিদা
নংতবু ঙাযবমলিবনি
নংশু ঐদৌনা ব্রাবমগদ্রা হাযদুনা' মালিনা

"ইবেম্মা তাইবঙ লিলা যাওবা লাকপনি
নোকপা কপ্পা মচিন-মনাওনি
অরা-নুংঙাই খুবাক খুনমনি
মতম কৌবী লাইবেশ্বান' কনাবু ঙাইবীদে
অকোন অহানমক্তনি" মালিনা পাউমেঞ্জবকই।

************

## মন্ত্রি হৈরু ওকপা

২২/৬/২০১২

ঐনা স্বর্গ কোইকুই
কতললাইমক্তা ঙাযহৌই
মখোয নবক কোম খঙহৌদে।
মখোই মশেন ওনশিন ওনশিন
কপশিন লাউশিন্নহৌই
যোংদৌনা মযা খিগৎহোই।
চোংই ফল্লি উতুপ কোল্লা
মাঙ্গং-কবতান খিংহৌই
জয-ভায জয-ভায লাউহৌই।
ঈবাং কৈথেল কাহৌই
মার্ব্বাক জগোত্ত শাহৌই
চাম্মা চৎপীনা খোংনেৎ ফিদা ওইহৌই।
মফম দুদা কাং িংবঙুম
মন্ত্রি ওইবগী হৈরুক ওকহৌই
চাম্মা চৎপিনা লৈ-পবেং ওইনা পালাদা হুকহৌই।
লমদম'দো ব্রগ্রুবাহন পোকপী
খৈনা যাংকোক মানবী লাইবৈবাক্লি।
হাযনাহৌই 'কাংচিংঙগুমশি
মন্ত্রি ওইনা হৈরু ওক্লশি'
লুপা খাউজাউ খাউজাউ দক্ষিনা ওইনা।

*************

## খুম্মুবা অমুক্তা

৫/২/১৯৯৮

ঐনা নংবু নুংশিজে নুংশিজে
কবিগীনো অশুক নুংশিবি'সিবো ?
এতনা নুংশিববনে
নংদি নুংশিদববনে নুংশিদববনে।
থম্মোয নিক্লে নিক্লে
মিংস্না তথক্লে তথক্লে।





মিংচানকুবদা ঈবাঙ হৌবে
থম্মোয'সে কৈনো অমা।

খাঙবা রাবে রাবে
থম্মোয় ফুক্কাদৌবে ফুক্কদৌবে।

তুবোই ঙাবোইবে হকচাং'সে
মযাই কাবা শামু মচাগুম।

পৃথি-মাতা'শে নিক্লবোই নিংলে
ঐগী হকচাং নিকপদা।

নংদি নিক্তববনে নিক্তববনে
নিক্লমগনিদা নিক্লমগনিদা।

কবিগীনো সিবো অসুম হাযনা
খুম্মুগবা অমুক্তা হৌনরা'

************

## শামু চনিং পেনা খোঙবা

শান্তিতনা লৈবাক মবা তপ্না পানগনি
লালহৌবনা কবি-নুংদা মবা তপলোই।

অখণ্ড-অহৈশিংগী মতুং ইন্না
ঙসি ফাউবা শন্তিতনা মঙ্গল ওইবি।

শোক্লগে মখৈ শোক্লৌ
তুঙদা মাইথিবা নঙ্গনি।

আলেকজেন্দব অশোক মহাবাজ কবি ওইখি
দুর্যধোন মহাবাজ কানানা শিংথানখি।

বৃতিশ সামজ কবেম্নবীবে
লাল পাম্বা কাংবু ঙাক্তনি।

ঐখোয নখোযনা তৌবিবা'সি
'শামু চনিং পেনা খোঙ' হাযদুনি।

শোম্নেদো মবুধৌ ভীস্মা
যুধিষ্টিব মহাবাজ পুকফবা।

************




## অঙকগী ফিভম

নুপীনা যানবা ভোৎ লেপ্পনবে
নৈশানা য়ানবা লালহৌলুপ শেম্নবে
লাকপগা ফোইবগা নহাবোনগী মিংলেন্দা
যামা তোংলা জীপসি থৌবা দলান শাবে।
ধৰ্ম্মগী মমিংদা নত্তবা চৎনবীনা
কবপসন মকোন শাবে।
নৈবাক'সে মথক মখা ওল্লে
লালহৌবগী লালহৌবঙাক্তা
মখোযগী চাকথাক্তা
পুম্নমক কুক শুঙ্গদৌবি।
লৌশিংগী মৈবা মুৎথৎলা
নত্তবা চৎনবীনা মৈহুম চুবি।
অপঙলক্তা সেন্দাংনা পন্দিত শাবা
চীচা-চীচা খোঙলা জগোই শাবি।

************

## ঐনা নংবু নুংশিজবা

থম্মোয হুবা হুবানবনি
সনা লুপা কবি মিহৌজদে
থম্মোয'তনি মিহৌজবা।
মপোক তবেৎলক্তা ফঙদ্রবশু
তাবামবিলক্তা ফঙ্গনি
চাম্মা নিপাল্লকশু মবৈদো।
মন্দিবগী উকংলাইনা কবি থৌজান
সেবাফাবি'দুতনা ফংজবনি
মাগী ভক্তি প্রেমগী মবিদা।
চেনবদা হিংলবোইদৌবা
লোৎপদা য়াববোইদৌবা
লুববা তাঞ্জানি তাঞ্জানি।

শিবা লৈত্রবা থব্রাযনা
মমল লৈত্রবা থব্রাযনা
হয়া হন্না হোৎনখিগনি।

মপু মানা পেনবীগনি
নোংমদি শোযদনা থৌজানবীবক্কনি
থম্মোয থম্মোয চান্নবদো।

*************

## অনিশুবা কুরু ক্ষেত্র লানফম

২৪/১/১৯৯৪

মঙৌনবা'সিদ' উত্রপ-তানশুম তান্নবা
দংদবা্য তৌনান ইশাং-শাং তিংথোক্লনা
তুপাক খাদিং নাইগাং ওইজগে হাযদুনা।

তাইবংবু মঙনি মঙলি লাউনাব
উমংলাইদা তাইনবি
হবাউ মথোয কানবি।

কাঞ্চিপুরদা গোবিন্দ নিবর্পন
কংলাদসু কাযদোংলক্ষ্মী
লম্মাংদোংদা গোপীনাথদ শাযোল্লি।

শুক পাত্তা যাতাবি
ব্রহ্মাসভাগী চুমঙ্গোযনা
গোবিন্দনা লৈবাক ঙাক্লি।

মঙফাওনবে মঙফাওনবে লমদম'সিদা
নিমায-সান্যাস গোষ্ট-উর্দুখোল নৌকাখেলা
অশি-অনা থৌদোক ব্রাথোক্তা।

শিবগা কুম্মৈ তৌবা লৈবাক
মঙথোং হাঙবা লৈবাক
লৌবি যুমফম মুৎনবা।

ঈজত্তা মনম শুববা
মরু কোক্লবা
মবোই মনাও তাদ্রবা।

---





'অৱা লাল অৱা লাল
চহী তবেৎ খুন্তাকপা'
কবি নাচুংদা কবি নাচুংদা।

নুমিৎ হেক তাবগা মপান থোকশুমদা
তুমিৎ ফাওবা পাযখিদবে ঙসি
নোংঙাল্লকপদা শুনিংঙাই-চানিংঙাই লৈত্রে।

যাইফৌ ফৌবি পোযেং-চাযেঙ্গি
কবম্বা বাম লিল্লা লিংখৎশিবা থগ্নবি
মঙলৈবাক্কী মীওইনা মমঙ মঙলি।

ঙসিগী লান্মী তেঙ্গোল মযাম্‌সে
মহা ভাবতকি অনিশুবা কুরুক্ষেত্র ওইবে
আক্ষৎহিনি তবানিপাল (১৮) হেল্লম্লগনি।

খুল তুম্না তুম্না মৈথানবে
শাগৈ তুম্না তুম্না হাংনবে
মহাভাবতকী অনিশুবা কুরুক্ষেত্র ওইবে।

চুবাম্থাবগী থাবা-মক্তা
নুপী অঙাং খাক্রে
লাকপগা ফোযবগা অমাগা-অমগা।

অমগা-অমগা লৌতুনবি
অচেংবা ঙাযনবি
ঐগীনি নংগীনি লৌবি যুম্ফম মুন্নবি।

*************

# টেঁস পরিক্ষ্যা

মেত্রিক টেঁস অহুমলক ফেলওই
হৌজিক পবিক্ষ্যা থাজবি
ঐগী শৈবেংনা সাক্ষিনি।

নুপী অঙাংনদি "থাকুনবাবা" হাযবি
কৈবোই লৈকাযনা 'ঙাওব্রা' শোন্নবি
ঐনাদা ইকায খঙদা থাগদৌবি।

মেত্রিক থাদ্রবদি কবি কাননি
থাদবা য়াদে ঙম্নবা
ঙম্বা ঙমদবা ইবাইবক্রি।

থৱাইনা থাববসু থাগনি পবিক্ষ্যা
নম্বব পিনিংদ্রবশু ইবমগনি
নোংতি তৌবোই পৈশা চাগে হায়গনি।

শিঙ্গনি লমন নিঙমহৌদ্রবা টেস পবিক্ষ্যা
মতম অশুক কুইববা'সে কদাযদা
মৈতৈ সাহিত্যা লৈকোন্দা শাংঙমদা।

************

# লু নুঙগী ঙাখা খাজীং

২৯/১/২০১৩

কবো লূনুংদা চোংজবা ঙাখা খাজিংনি
তাই-তাই খুবাক খুবনা ইনাংনি
তাদিং তাদিং জগোযনা ইশিন্নি।

হনুবী-হনুবা পাম্থা ৱাবি
শুক্রা শোবাবেন ইনখংপা
ঐগী চাকঙাই ৱাবিনি।

তেখাউ লুনুংদা ঙানপ ঙমহায ওইবা
বাধা-কৃষ্ণ শাযোন্দুনা
বিষ্ণু-প্রিয়া শাদুনা লুহোংবী শানজবনি।

মৈতৈ ঙম্মু ফাবৌঙানা
বাসেসোবি পালা লিংখক্লুনা
জগোয বাস শানজবনি শানজবনি।

মোঙবনি মোঙবনি ঙানপ্লা লুনুংদা
চোংবনি চোংবনি ঙাখা খাজীংনা
'ঙবাংগী ঙাখা ঙখাগী ঙাবেন' হাযনৈদো।

গৌবগী ইবাংদা
নবক কোমদা ঈবোইবা
শেঙ্গা-থুমজা লমলম'সিদা।

গৌবদা লোইপোং হাবি
কবপশন ৱালাশিংনা
কোক্তা পোংলুম থাঙ্গংলি।





*লাইগী মমিংদা শেন্দান লম্বী ওইবা*
মীওইচা কয়া থম্মাইবি
লৌবি য়ুমফম মুৎনবি ।
পুয়া মৈথাবদা মুৎখ্রবা ফুরুপনি
চহি তবেৎ খুন্তাকপদা মহাম তাখ্রবা
মবোই মনাউ অমাতসু উবা ফংলবোই।
লানফাও মাঙখ্রে
লাঞ্জেবসু লোৎখ্রে
লেমহৌখক্লা কবি ওইগনি ?

************

# লোন্তাক পান্তা লুপখ্রগনি

২৫/২/২০১৩

মৈতৈ মীতৈ কতে কতন্না
তুঙ্গী পোলোই য়েংদনা
বানী-বেগম শাদুনা
পোৎলোয় শমপোৎ শেক্তুনা
কোক্তা কজেংলৈ কৌতুম্বী লৈতেংলা
হবাউ মথোয় কানবি।
ইনিংথৌ পাখঙবা কৃষ্ণ শাদুনা
চুংফিবান বজাই-বেঙ্গুল খোঙদুনা থৌগল্লা
চিনগুপসেন-চাইশেন শকয়েং মিংশেন
মাংদা থম্না
ঐ মঙাযবে খন্দুনা
লুহোংফান্দা ঙাম্মোযবি।
য়ুমদদি চফু উযান মিবাংথাং
পুং-ঈশৈদা মিকাবা
পৈশানা ৱায চাযগুম হৈথবা
মিত্রং ৱালাশিংনা তাৎ তৌদুনা
লুপা খাউ-জাউ খাউ-জাউ খোম্না
মৈতৈ মীতৈ কবোংচাক য়ুঙ্গদৌবি।

ফুদিত্তা মাংজোং চোংলা
লৌশিত্তা খজনা থিবা
শামু মনিংদা পেন্না খোংনা
মণ্ডদা শামু না তান্নবা
চীংচেপ্তা চেল্লা
হিংলাবোই হিংলাবোই।

যননিংহনগী শুকং'সিদা
চুবাম্বাবগী মকোন'সিদা
চীংলোন মাপলগী জঙ্গল
নিশাগী নৈচীন্না
নোং ওইনা চুথবা
লোক্তাক পাত্তা লুপখ্রগনি।

পঙলবা ননাইশিংদা
নংগী মক্রুবা জগোয
প্রেম ভক্তি-দয়া মথেক-অহুম
উৎপীবো উৎপীবো
মাদুতনা নৈগী চন্দন ওইবা
থম্মোয শান্তি ফংহনবীবো।

************

## বোক চাক-থাক

১৯/৫/২০১৩
পোক্লফম ২৮/০৭/২০১৫

ঐ বোক হিংচাবনি
নখোযগী নিংথৌনা যাববনি
ঐনা দ্রগ মকপ চুপহল্লবনি
মনাই মশল পুম্না লাইচুববনি
ঐগী নুংতিগী চাকথাক পিদবা যাবোই
মী মণ্ডা-তবা চেং হৱাই গাড়ী-গাড়ী
চাবা ৱান্নবা অঙাং-নুবী খবা খবা
দক্ষিনা লিশিং চৎপী খাউজাউ খাউ-জাউ।
অবাং-পুবেল মাইবা-মাইবী শোইনৌ শাখা মযাম
গঞ্জা-কানি, শৌগ্রিহিদাক মহীদা ইতিংলবনি
মখোযগী পাউজেন ঐগী যাথংনি

উতুপ-নুংদুম্না ঐ ওইনা থাংলক্লবসু
কৎলু কৎলু পৈশা পৈশা
হন্না হন্না খুকন্মু অপং লাইচুনবা
পেনবীগনি অপংবা গন্ধর্ব্ব ওইনা।
জগোয় শাবী চিত্রঙ্গাদগী ফুকপ
বভ্রুবাহনগী লৈবাক
অনন্তদগী মনি পুবকখিবা
জগোয় বাশ লিলা শানখিবা
পাহৈবা মহাবাজগী মণিপুব
লাইবক ফবা চিংথংখোম্বগী মণিপুব
ঐনা মোবোক মৈহুম চুবীখ্রবনি চহি তবেৎ
নখোয় লোযনা পেঙ চোইববনি
মাইবী মব্রা ওল্লবনি
তোকঙাদা নফি মাংলবনি
মিনম লাইনিং লাইশোন্না
অচুম্বা মশক খঙহল্লোই
নবক কোমদা ইতিংখিনি
ইতিং লবা পযা অদুনা
তত্তনবা হন্না হন্না লৈশিগনি।

************

## মীকিখি মীতম্বাল

২৫/১২/২০১১

মীনদি হাযনৈ লাইবৈবাক
ঐঙোন্দদি ষন্নিংহন লৈবাক
দোলাই পাবনা চাউবা লমদম
অঙম্বনা শেত্তুনা চাবা লমদম
ময়েক মশোন খঙদা লাইশোনবা
চৎনবীনা তাৎ-পাৎ ওইদুনা
ফুনৈ নানৈবা লমদম।

পুকোক পুলেন্দগী
শোইনৌ-শখা কয়ানা ষন্নিং হল্লিবা
মমল তিক্লবি, লুপা লক্ষা লক্ষা





নিংশিংলকই 'শনিংবা' হায়বা'দো
হাৎপা-তুপদা চিংনবা লৈতব'দো
মকোক যাউদ্রবা ষন্নিংহন লৈবাক'সিদা
মঙলৈবাক্কী চোইবোন লোনফম'সিদা।

মহাভাবতকি লাই খুনদিন্নফম
কুরু ক্ষেত্রদা নুপা মকোক মখৈ
খাংজাউ অমদা ডৌদুনা
দুর্গা দেবীনা হাখিবগুম
হা-হা কাব ওইবে লমদম'সে
যেংহৈদবে পালহৈদবে পালহৈদবে।

মহৈমশিং মীমান্নবা ঙমদা
লাইনিং লাইশোনশু খঙদা
তিনঙক-মৈঙক্লা মিকিথি
হাযফম তৌফম খঙদা
হুইঙক মঙক্রদুনা লৈবা
অপং লাইচুববা ঙাক্তনি।

হংলাইবু কোইথাং থাংলা
ভিক্ষ্যা নিবা তন্বীবিবা
চাক পিজবা তন্বীবিবা
মফি শেৎপা তন্বীবিবা
লাইবিক তাবা তন্বীবিবা
মাঙাল ফংদ্রিবা লমদমনি।

লাইথি পোৎলোয চমক্কী থোল্লা
বিষ্ণু প্রিয়া শাদুনা
বাসলিলা লুহোংবী শানবিবা
মৈতৈ নাৎনি নাৎনি পোংনবিবা
ইকাইজৈ ইকাইজৈ মীতৌতম
হঙোইনা ঈশিংদা চিৎচা চিৎচা।

************





## শামু ফাবা

ইনিংথৌ চিংথংখোম্বা শামু ফাওম্বা
শামু যাইশা অঙাওববু খুদোম্বীনা কিৎ নল্লা
গোবিন্দগী কৃপানি কৃপানি।
কৈনাগী থৈবোং পাম্বীন।
ব্রাযেন কাটি পাইবি
হংলাই কযা হক্লুনা।
মিতল্লি গৌবিন্দ গৌপিনাথদ বিজোয গোবিন্দ
বামজী-প্রভু, নিত্যাইনন্দ নবশিং
মাযকৈ শুমদায পুম্নমক ঙাকপিবি ঙাকপিবি।
শামু ফাবা কৃষ্ণ লংথবান্দ শঙ্গাবে
লৈমা শিজা মচা ইবেমা শিজ লাইওইবী
বাসেশোবিপালা গৌবিন্দ কৎলে।
স্বর্গগী চন্দ্রনদি চেল্লবে লংথবালদা
কাঞ্চী লৈকোন্দা কোকিলনা
কুহু কুহু খোংলা শৈথাবি।
লেঙলকলে ব্রজগী গোপ গোপী
কৃষ্ণগী কৃষ্ণ মক্তা
গোপিগী গোপিমক্তা ঙাযবে।

************

## মরাইবক থিরবা নিপা

মমিৎ তাংলবা নিপা অমানা
মখুক্তা চৈশু অমা পায়দুনা
মাব-মাবদুনা
কযাদা ব্রানা চৎলিবা।
চৎনা চৎনা নুংহিকননা
পিবাং মতুম মতুম শিঙ্খবকলমই
মপুগী নুংশি মাইথোঙ উনিংলমই
উদি উঙমদা কযা ব্রাখ্রবা।





মনাগু পগুলমই
অদুবু নুংশি মপাউ
মপুগী মেংলবা মিংলেন
নাপ চিক্লা তানিংলমই।

মবোলগু থোক্লমদে
অদুবু ফোংদোক্লিংলমই থম্মোয় ইথিল
খুংশা শাথেক শাহৌনা
কয়াদা ব্লানা ফোংদোক্লিবা।

************

## বিষ্ণু প্রিয়া মৈতৈ

১১/৬/২০১২

বিষ্ণু প্রিয়া মৈতৈ
ইবেম্মা ইবেম্মা নং পোৎলোয় শেংকনু
যাম্না ইকায়জৈ ইপা
তৌহৈদে তৌহৈদে বাধা শাগনু
শ্রীমতি বাধিকাদি জগৎকী মবেম্মনি
মাগী কৃপা নত্তনা
জগৎ কবিনো খগুবা ঙমলোয়।

ইচা ইচা নং কৃষ্ণ শাগনু
নংনা কৃষ্ণ শাবা
ইমৌনা বাধা শাবা
কুন্দো পবেং হুক্লবদি
বিষ্ণু প্রিয়া ওল্লে ওল্লে
ইচা-ইশু পুন্নমক বিষ্ণু প্রিয়া বিষ্ণু প্রিয়া মক্তা।

থৈনি উম্লা বাধা শাগনু
ফোব কাপ্লা কৃষ্ণ শাগনু
তৌহৈদে তৌহৈদে
মঙখোঙ হাঙবনি হাঙবনি
চহি তংখায় হম্বনি
চাম্মদা য়াংখ্রে হম্বনি।




পুরুওবী-পোৎলোয় চনিংতোং
লাইফদবী শানাপোৎ মাল্লি মাল্লি
শাবীবা শাবী নত্তা
গগ্রাবা-গগ্রা নত্তা
ইকায়জৈ মিতৌতম
হায়খিনি বিষ্ণু প্রিয়া মৈতৈ।

শেৎলশি কুমফনেক মপাল নাইবা
মপাল্দা খোইমুনা লৈহী চুপহনশি
খোইথুম্নবা খোইবা যাহলশি
থকশুনু জগৎ জীবনা
অমৃত ওইনা
নাদয়েক্তা পুন্সি নুংশাংনবা ।

************

## পোলোয় শেৎণী

লোযবেদকো লোইলম
মৈতৈ মীতৈ মিতৈ কতে
'চাক চগ্রিং অমনা
চেং-চেংকোক অমা মাংথোকই।

বিষ্ণু প্রিয়া শাগনু শাগনু
ইকাইজৈ ইকাইজৈ
ব্রজবোল্লি শরুনু শরুনু পাঠাল মাল্লি
ইবোন্না শকশোনশি।

পোলোয শেৎলা

বাধা শাগনু শাগনু
লুহোংফালদা ফল্লা
বিষ্ণু শাগনু শাগনু।

শকচোং-চোং হুইয়েন লানগুম
লাই খুন্দিনবা মাল্লি মাল্লি
কোকচউ কোয়েৎ চীখাজাউ
জয ভায জয ভায।

************

# করোং চাক য়ুঙ্গদৌরি

২৯/৯/২০০০

কবিনো কবিনো তৌগদৌবা অসিবো
লোইবদকো ইমা অপোকপী
কাংলম চাদ্রবা ঐখোযনা ব্রাইল্লে নংবু
নোংমতা মোমোন নোকপা ফংজদ্রবী
নপী ইবাতা চেন্দুনা লৈবিবী
কবিগীদমক্তা পোকপিবন্বা ঐখোয়বু।
ঐখোযদি 'হুইনা ডোলাই তোংলগা
অমাংবা উবগা চোংথৈ' হায়বমক্তি
লমদম অসিগী নচা-নশু পুমনক
করোংচাক য়ুঙ্গদৌবে
শিগৈজন মিথিঙ্গাই মক্তনা
নখোংদা যোৎহিঙ চন্দুনা কোইচিংচিংলি।
অমানা হোযদুনা পুবা-যাবা
মপী লাইবিক মযেক চত্রবা
লৌশিংগী থাউমৈ থান্দ্রবা
ফুনৈ-শানৈ নিশাদা লাইচুববা
চাকলেম চাবা নচানশুমক্তনি
ইমাগী অমৃতখোল্লাং, মমল শিংনিংদ্রবা।
ফিজি পাযদুনা ঐগীনি মাগীনি কোইচিং চিংলি
অফবা অদুদি সনানি সনা
ফত্তবা অদুদি লুখাক্লি লুখাক
নংগী নিংথিবা সুবছন্দগী মযেক
যাকায হনবীবো নচাশিংদা
ইবোলনা শৈহেক শৈবাজবা হৈকৎ লৈকচ্চগে।

************





# চীংনুঙ হুৎকী কোম'দুদা

১৭/৪/২০১৩

ঐনা স্বর্গ লোগ কয়া কয়া কোইকুই
পাতাল লোগ কয়া কয়া কোইকুই
অমাতসু উবা ফংলক্তে
অদুগুম্বা লৈবাক।

নব লোগ'দুদা চৎলুই
তোংজে মবিল লিৎলা
চীংনুং হুৎকী কোম'দুদা
উবকই লৈবাক'দো।

শুম চাববা হংলাই পুথোক্লুনা
শুমাং খুদিং ফিহোংবী শান্নহৌই
চিনি-চফু লেকহৌই
চাকথোংবীশু শানহৌই।

যেনপাক চৈশু খাবৈ-চৈগপ
অথেনপোৎ খুগ্রাং হব্রাই যেন্দল
থাউমৈ লাতেন কবি কবি
চন্দন শেনখায খোমহৌই।

তাৎ-পাৎ লৌনম লাং
নমপোই পোই নমহুক হুক
মখুৎ শম্লা শম্লা কুমহৌই
নমথি লোগকী কোম'দুদা।

************

# থোকলিলাগী সংকীতন

৭/৪/২০১৩

কোক্তা কোকচাউ কোকযেৎ যেৎলা
লব্রাই লেমফুদা চীখাজাউ থেৎলা
খুত্তা কর্ত্তান-মাঙ্গং খিঙলা
ফৈজোম কুঞ্জনা শামু মানাতোন শাবা
লমদা ফি থোঙদা
মবোল-মবিল খঙদা শকশোল্লিবা।

ব্রার্মঅপ তৌবি খৈনি উমলি
তা-বি তু-থ না
তানচপ নুঙচপ পুম্নমক
বেঙ্গলিবা বেঙ্গলি নত্তা
টিপুবিবা-টিপুবি নত্তা
অথালি পাথালি শান্নবি।
লুহোং-শোবাত দেব-কর্ম্মা কুম্মৈ-ফিযোংদা
লাই শাবা-শাবীশিংনা
চোংফন-মনযুঙ্গনি
হুইয়েল লানগুম ফন-ফা
হাঃ-হাঃ লাউগনি পৈশা থানবা
তাৎ-পাৎ থোকলিলাগী সংকৃত্তন।
মমঙদা কৃষ্ণনা শামু ফাবীবগুম
মঙলৈবাক'সিদা
গৌব-ভাবতা পৈশা থাগনি
বাশেশোবি-পালা-ভাবতা ব্রাম্বগনি
খুঞ্জাও লৈচাওনবা কবপসন ব্রালানা হাবাউ মথোযকাবি।
কবপসন্না মখোঙ পান্দুনা চুমনল্লি
উকংলাইনা চন্দন শেনখায খোল্লি
অথেন পোৎকা লোযননা চাকলুক যাবি
মফম অহুম মবি থোক্লঃ
চুবাম্বাবগী লৈবাক'সিদা লৌজনাম পুজনাম
চৎনবীনা শুদৎলি লাইব্রা-তিনব্রা ওইনা।
থম্মাইখবে নুপী অঙাং পুম্নমক
নিশাদা উংখবে মযা কাবে
হযিং চংখবে চংখবে মযাদা
শেঞ্জাউ পাযবনা
লূ থুমলি লাযবা থুনবা।

************





# শামু মখোঙ

শকমাইনিকো শামু ফাবা
শুমাঙ খুদিং থাবল চোঙ্গুম
'শামু ফাবা' লিলা শানবম্মী
ফিনা শাবা শামু কিনবম্মী
ঙাইহাক লৈবগা নোক্লিং লম্মী।

শকমাইনিকো শামু ফাবা
'শামু ফাবা' লিলা শানখিদবে
মণিপুরদা শামু খিবে খিবে
'শামু খোংনেৎপাগু' শানখিদবে
'শামু লাক্লে' হাযবদা কৈথেল কাযবম্মী।

শকমাইনিকো শামু ফাবা
খিবে শামু ফাবা থোকলিলা
উদ্নতা লৈবে শশিন্নবা শামু
ইমা কৈথেলগী লৈকংথোং-থোংখাদা
নম্বুল তুরেলগী শেগাদা 'শামু-মখোঙ'।

অঙাং নিঙায তৌবদা থেম্নবে
'শামুনা অঙাং কোংহৌবে'
'কপক্লু কপক্লু যৌবক্লগনি'
নং নম্বুল তুরেল লুপখিগনু
অঙাং নিঙায থেমনিঙায লৈবোই।

মনিংদা পেনা খোংবীগে
তাদ্রবশু তাও-তাও
শেন্দাং পন্দিত মক্তনি
শোবাত-নত্তে লির্লানি লিলানি
নুঙোংবা নত্তে মাব্বাক জগোযনি।

কালাদা কলি তৈবনি
পুন্সি পিখম্নগনি
কংলৈপাক মৈরাইবনি
লাইনিং পবৈ চেৎলো
কুল্লু কুল্লু অঙাং নিঙায থেম্নবা।

************

# মল ওলবা মাল্লি

সনা অহীং কুচুনা ফুদোংলিবি
হঙ্গামপালগী ফনেক্লা খোযদোমলিবি
অমুবা মচুগী ফুবিংমকক্লা খাওল্লিবি
মাঙ-তুঙ পুমকোৎ কোৎ
তঙাইফদনা চযোম অনি লোৎলিবি।

তুংযাননী মফজদি আঃ যৌবে
কুৎতক তৌবা যাঙ্গী যাংলেন
থোৎ খোৎ লাউবা তোংশানা
তিদাম্নবশুম লৈতেংলিবি
অমুবা ফুবিং মকক্লা ইকাইজাবিবি।

যেংজবশনু মতাশুম
নমদা থোংলম্বা
লৈমচুগী ফিদুপপ্প
পাম্বোম ব্রাংনা থাঙ্গতুনা
খাওন ওনবদি কবি মফজনো।

মাল্লি মাল্লি কসবাজ গোপালনা
যন শেনবা চৎলমদাইদা
মমাগী মমাংদা
চেন চোংদুনা মল তৌবা তৌবা
কেজ নৌজবা মাল্লি মাল্লি।

*************

# ডিমান লেটর পায়দুনা পৈশা খোল্লি

১৯/৩/২০১৩

নিংথৌ পাল্লিঙৈ চুবাস্তাবনা চাউবিঙৈ
লৈমা শিজনা মাংশোক লাঙলিঙৈ
ঐগ্যা বামোন্না কোক্লেন ফমদেকলিঙৈ
ব্রহ্মসভানা নিংথৌ কোকশি খৎলিঙৈ
অদুগী অদুম ঙসি ঙসিমক
শুমাং খুদিংমক্তা।





সংকীত্তন্না থাবন চোঙ্গুম চোংলে
চান্মা চৎ-তবাচৎপীনা অবেব খেলগুম
পেচকাবি কাপ্লবি তৈনবি
ইকায খঙদে হানবা তানবি
মহাপ্রভু শেগদা যেপ্পুনা পুবক্লা।

মাঙই-শেংই মখুৎ চঈ-চাদে
শুপনম সাসনগী চৎনবীদা
অতোংবা লৈথোনবা
অকুৎপদা লৈতৌবা
শঙ্গোম যোঙ্গেক্লা ঙবি চাবা
শলংকাক শাদুনা পাইখ্রনি।

মানানা হৈমাং শাবনি
মৈবৌ হেল্লবা লাইশোন তিনশোন্না
চোইত্রি চোইখৎকী চৎনবীনি
খোইহিদা হু ফুম্বনি
নমথাক লাইনিংনা শেন্দান লন্মী ওইবা
কবপসনগী ডিমান লেটবনি লেটবনি।

মশানা মশাবু মশক খঙদা
মীনেক্লগা লাইশোন তিনশোল্লিবা
কবম্বা লাইনা মনা তাবীগনি
নোকনিংলমগনি মহাকন্দি
লৌশিক্তা খজনা থিবে
মালংদা তেন কাপ্লে ইম্বোকপনিদা ।

************

# লোয়নরি মহাকপু

২১/৩/২০১৩

ঐখোযগী-চৎনবী অসি
থবোই অহাম্বগী চৎনবীনি
চুপথোকখ্রবা থবোই
অমুক হন্না চুপ্পা যাদ্রবা
লুখাক কোমদা তাদুনা লৈবা
হুন্দোকখক্লি হুন্দোকখাক।





বেদ-বেদান্ত পুম্নমক
মহাউ খঙনা চুপথোকত্নবা
কানবা মখৈ খল্লা
শিদনাই-নাদনাই ওইবা
মশা পুন্না য়োর্মশিন্দুনা লৈত্নবা
মপোক লাওন্নদুনা ইবাংনত্নবনি।

খঙদবনা উকংলাইদা
বং-পং তৌবা ফদি-ফবা যেৎশিন্না
লুখাক কোমগী থবোইগুম
পাযদুনা মাদুনা শান্নবি
মী কাবিনো খঙদা লাই কবম খঙগনি
অখঙবশিংতনা লোযনবি মহাকপু।

************

## কতল্লাই চুরবা লমদম

২০/২/২০০১

তুলী তুখী মখৌ পোঙনা
মেইবুং খোংলি
স্বর্গগী সনা লৈবাক'দুদা।

হাব সংকীত্তন্না শক্তি মোংবাং শাইগুম
মপী লাইবিক খঙদ্রবা লমদম
তেনরা-খরাংচাগুম খমচোংচোং।

নপা পনা খবাক ঈশ
পংচেংলোম তেং-ঙাং তেং-ত
ইরেং লাংগুম হনা না।

লংগ্রা দ্বাক্রা তাঙ্গা ভাইবি
কোগোক কেক্রা
লাক্রুনা চাত্নগনি চাত্নগনি।

শেঙাং পাযবশিংগী কৈথেলদা
যাইফৌ ফৌগদৌবি
মৈতৈ মিতৈ মীতৈ পুম্নমক।

মীতৌতম হঙঙোই ঈশিং চিৎচা
কবম্নো কবম্নো
মীতৌ তম্বদা ফি মাঙ্গদৌবি।

হাঃ তেখাউ লৈবাক্কী শামু লমশা
নথক্তা কৃষ্ণনা কাযদোংলা
ইতৈ তেখিবা নত্রা'

ঙসিদি খ্বাইববন্দ কৈথেলগী
পোদোন তেঙ্গালিনা
নশক-নশা থোক্রে।

ইমা ইবেনশিংনা নকমদা লেপ্লি
কম্মনদোশিংনা হুইযেল লানগুম
নকমদা থকম্লবি।

মনমদা সিনিমাগী পোস্টব থেৎলা
অষমেধ ষৈগ্যগী শগোলগুম
কযা নিংঙাযদনা কুল্লিবা।

খ্বাইববন্দ কৈথেলগী কাওনা (চাউবনা)
মবেং তক্কুনা যেংলি
অওইব্রা-ওইদব্রা ?

ভোৎকি মতমদা
ফিবান মচু কযানা লৈতেংলা
কযাদা ইচং থৌনা কুল্লিবা '

************

# য়োংগী লৈবাক'সিদা

যোংগী লৈবাক অসিদা
লমহুইনা লৈঙাকলম্বা
হৌজিক্তা গধানা কৈশাল শাবে
ইমা-ইমা ঐনা নংবু কনবা ঙম্লবোই।

কৈশালনা যোংমখৈ তৌবাতুম্না চাগদৌবি
মীনা কদাযদগী খাঙবা ঙমগনি
ঐখোযশু শাযোক শঙদা লৈবা তাবব্রা
কয়াদা লাইবক থিখ্রবা লমদম'সে।

কৈশালগী লিচৎ
লমহুই-ফত্রা লৌশিং
নচানা গধা ওইকব'দো
নং পেল্লগদ্রা নং পেল্লগদ্রা ?

* **********

## অমুক হন্না থোক তৌবিরক্লগু

ঐদি ইশৈনা যানা লম্লোইজববনি
অমুক হন্না থোক তৌবিরক্লগু
ইমিং ইথা মনাই নাইথাং ওইবা
ঝল্লি তুপী উপাশিল্লা
চাক্লি ফিনিজবা ওমজববোই।

লৈজবা পুম্বা কৎথোকচববনি
শক-শোনবা অমাতা তাজনিংদ্রে
মী শিবগা থোকতৌদুনা পৈশা তানবা
লৈতা লাইবা নৈহৎপিবা লমদমনি।

ঐগী চেংজেন খাউ মবুক চোন্না
মখল মথেল শুনা যাউজবে
মাদু ঐনা যংফম থোকপনি
কন্নানশু ফংলোই ঐগী শকক্লি
মানা-মানা তৌবনা মানা-মানা ফংই হাযনৈদো।

ওইজনিংদে ক্বাক
মশানা মশাবু শেত্তুনা চাবা
লৌজনাম পুজনামদা হালেংদ্রবা
মৈতৈ-মিতৈ-মীতৈ-মুৎপা তাবে
কবম্লো কবম্লো কবম্লো।

************





# খুত্তা ব্রহ্মাস্ত্র ফংলবনি

অখং অহৈশিংনা তাকপিবম্মী
অহিংশাতনা অথৌবা ধর্ম্মনি
অথৌবা-শা কবি ব্রাৎলি
নখুত্তা ব্রহ্মাস্ত্র ফংলবনি।

সহিত্যনা লিক্লাই যুম্বীন
সাহিত্যনা সমাজ শঙস্বাবনি
রাবি-লাইবিক কযানা যাইকাযবীবি।

কাপ্পশি ব্রহ্মাস্ত্র ফত্রবশিংদা
মক ফংনা মাংনবা
পাল্লবশনু লৈগী পবেং ওইনা
শান্তি পাউজেন্নবা।

জিব খুদিংমক মশামক্লি খঙলবা
মী-মহাক'দো
লৈত্রে অমা
মখুত্তা ব্রহ্মাস্ত্র ফংলবনি।

************

# নমগোই গোইবীরে

ঈশ্বরদি অসিনি হাযবা
চাংদমনিঙায লৈবা যাবা
পোৎশক অমতা লৈতে।

মনিশিংগী মবক্তা অথোইবনি
নুমিৎমশিং থিঙমদা ঙানবনি
লৌশিংগী থৌবুবেন্নি।

সনা-লুপা মনি মুক্তা
থৈবোং-নিম হৈনৌ পাম্বীনা হক্লা
অসিনি হাযবা যাদবা পোৎনি।





লাইশাবু খুকমগদ্রা
থৌবুবেনবু খুকমগদ্রা
উতুপ ব্রাতুপ্পু খুকমগদ্রা।

লমদম অসে হংলাই মযাম্না
চযোম শাদুনা যোমলে
কুম লাইনা নাবে মবুক হুইত্রি কঙ।

তখেল-তেখাউ ঙাইশেন ওইবা
জয ভাই জয ভাই ব্রাম্থনবে
যুবাং ফলাং গঞ্জা কানিনবে।

উতুপ্পা হংলাই শাবা
মণিপুবদা মাংই-শেংই
নমপোই পোইরীবে।

মনাইগী মনাইমক্তা ঙাযখ্রে
খোঙপাযদুনা খুকম্না
খোজুম ফাওবা থক্লবে।

হিংলিঙৈদশু নমপোই পোই
শিববশু মঙ-কং কং
মরু কোকথোকপদা লেন তাবগুম।

অথেনপোৎ শৈজ্যা কবি কবি
ইবাং ফলাংগী ফলাংমক্তা
মযুম হিঙ্গোল বনধোপ থম্নবে।

চুবান্থাবশিং লৌতুনবে
মযুম ইঙ্খোল মৎলশি
মরু কোকপদা লেন-তাহল্লশি।

***********

## কুম্মৈগী কুম্মৈ মক্তা

১১/৫/২০১৩

ঈশৈ ঙংল্লি তান থাবা
ঙল্লি তেকপা মখৈ চোলেম যেংবা
পূং ঈশৈদা লাইচুয়্রবা কতনলাইক্তনি।

অফশাবশিংগী খদ্রক্লা
হিগায ব্রাই থাজিন্দুনা
অপংলাই লাইচুহ্নখ্রবনি।

অশি-অনা দেব কর্ম্মদা
কানা-কানি শাদুনা
কপশিল-লাউ শিন্নবি।

পৃংচোলোম তৌদুনা
কোযেৎ ফিশাং তাহল্লি
মল ব্রালাগুম।

শুমাংদা লিলা শানবগুম
মার্ব্বাক জগোযনি খল্ল
পৈশা চবুল চাইবি।

সিনিমা ড্রমাগুম
শুমাং শুমাং খুদিংদা
পোৎযেং চৈযেং খোল্লি।

'শামু খোঙ যেৎপা লিলা'
থোযবীনা কবোবাই হৌবা
নোংবান্না লৈতুম হুকপা কেবোল কেবোল।

'কৃষ্ণনা তেখাউ শামু ফাবা' লিলা
শামুনা লৈপাক্তা কুম্বুবা
চিংথংখোংম্বনা জয-ভায লাউবা মল্লি।

চৈবাউবি মথেল লুকোয মযাম
কুশুম লৈনা চপ তিংনা তিংখংপল্লি
কোম্বীবৈনা কপনি কপনিং নৌথৈবি।

মহাভাবতা গন্ধাবিনা সনাগী লৈহাও
কন্তিণা কুবেবগী লৈহাউ
মহাদেবদা কৎলি হাযদুনা।

কুন্তিগী কুন্তিমক্তা কংলাবুঙ'সিদা
মহাদেবগী মহাদেমক্তা জঙ্গল সিদা
কুম্মৈগী কুম্মৈমক্তা যেংবা হৈববদি।

************

# মহাক লৈতে কনান হায়রিবা

খঙদবা উদবা অদুনা
হন্না হন্না হাবমগনি
'মহাক' লৈতে খঙদে।

উবিবা পুন্নমক'সে
মাগী খুৎশেম মক্তনি
শিনমীওইবা খুৎলিশুবা অমাইবনি।

হৌনা লোনচৎ খঙবা
'মহাক্লি মহাক'
ৱাহৈ ৱাতা মবিক চুম্বনি।

ইনৌতা নৌবা
মোং হাদবা
'মহাক্লি মহাক'।

'মহাক্তো'
উবে খঙলে
কবম হাযনা পাউদমগনি।

মহাক্কালোয়না
ৱাবি ৱাতাই শানবি
তাবা ফংলোই পাপ চেল্লবদি।

মহাক্না থম্মোয নুঙদা চংলা
কবিগুন্বা থাদোকপিবোই
অমুক হন্না।

************

# মোইবুং খোংলি

স্বর্গ অদুদা লৈতবা
লাইবৈবাক মণিপুব
নবক কোমদা তাদুনতা লৈববা।

নিশা কযাগী মকোন
লাযনা কযা কয়াগী মকোন
অপঙলাইগী যাকাইপুঙ।





নত্তা ওইদবদা কোক্লেন কোক
শুমাং খুদিং সংকীর্তন্না উমশাইনবা
জগোয বাসনা থবাক ফুল্লবা।

হোমো শাবা শাবীগী লৈবাক
খৈনা যাংকোক মানবী মণিপুব
ইমা হায়না কৌজবা ফংলবোইদ্রা?

জগোয বাসতা লাইমিনম চাববা
হবি সংকীর্তন্দা নামুংলবা
লৌজনাম পুজনামগী থোক মোক মক্তা।

গৌব শাবা কোযেৎ অচৌবনা
হংলাইগী মতৌগুম চোং ফল্লি
ওইনানা খুৎনা পৈশা মাবি।

নোকখি-নোকখি কবপসনগী কপসিন্না
বাধা-কৃষ্ণ শাবা পৈশা খোল্লি
মোইবুং খোংলা জয ধনি লাউনি।

************

# ফিবাল তৎলবানাৎ

শৈশক ব্ৰালাশিংনা
শেন্দান লক্ষ্মী'দুদা
অশি-অনা থোকপদা হবাউজে
কাক্লা কাক শিবগা
শেৎ শেত্তু চাবগুম।

মৈতৈ বামোন চোইহানা (ঐগ্যমচা)
ময়েক মশেন খঙদা মুক-মুক শোঞ্জিনবা
অচাবম লোইপোৎ ফংনবি
মথুম-মবাং হৌনবি মঙকৎ ফংনবা
খোইকুম মোমোন তৌনৈ অমানা অমাদা।

'মখোযগী শোবাত'সে
মন্দোপ মপু যাওববদি ফখ্ৰনিদা
অঙাং ওবৈবসু মকোক ফমদোক্লে

শ্রীবিষ্ণু শাবগা খোঙ্গাই চনখোক্কে
পেনা খোঙবা মাল্লবশু মাঙ্গসনু'

কোযেৎ অচৌবা চিখাজাউ ৱালাদা
পৈশা থানা খুদিং ঐগীশু শরুক
মাইবা শংলাকপগীশু ফংনবা
ফিবোল ফৈজুপ খুদৈ ফংনবা
ঐগীদি মতোনি মঙকৎ।

ফিবাল তৎলবা চৎনবী ফিজোন্না
মকে শেম্বনি মাংনা তারুবা
শেঙ্গাউ পাযবগী হাযগৎ লাংদা থুনবা
লৌবি যুমফম মুৎনবা
ফিবাল তৎলবা নাৎনি নাৎ।

************

# নমস্তক হুক্লি

তেখাউ লূনুংদা শোবাত শোল্লি
বাগ-বাগনি হৌবি
হুইযেল লান-থাবল চোঙ্গুম
নিত্যাই বোলো বোলো
জয-ভায জয-ভায লাউবি
নখোং তিংথোকউ উপাক্লা হিপ্লু
লা পাযযু উপ্লু লোংউ।

লাই হবাউবি-নাহুৎ নাবেংলি
তেখাউ লূমানবা পোৎলোয শেত্তুনা
বাধা শাদুনা
লুহোংবদা কৌতুম্বী উপ্লি
মৈতৈনা বিষ্ণু-প্রিয়া মিতাবি
বাধা-কৃষ্ণ লুহোংবী শানবি
হবাউনবি জয-ভায়-জয়-ভায।

************





# ইবুংঙো মাবু নিংশিংলস্লোই

তখেল-তেখাউনা তেকচা নমখ্রবা
লোইলম ওইদুনতা লাক্লবা
পুযা মৈথাবগী মৈখুনা
অনম-অহা চুববা মীতৈ কতনর্নি।

খোঙ্গুলাই চুববা মীতৈ কতন মযাম
ষণ ঈবোই হোযবগুম
চহি তবেৎ খুন্তাকপদা
খুবাক্তা যাইবি লেংনা হোইবনি হোইবনি।

মমাযদা মোবোক মৈহুম চুবনি
মোবোক মনম্লা হাবি
যাইবি মখুল লৈবি
লাইশু খঙদবি মযেক চত্রি।

লম্ফেল ডিঃ সিঃ ওফিস মৈথাবনি
এসেম্বলি লোযশং তাঙ্গোল ওনবনি
ষ্টেট লাইব্রেরি উৎ ওনবনি ওনবনি
হাওবিংজেল নাইবিংজেল ঙাক্লনি।

লম হৌদোং থাদোকফম
লমথুংদবা লমল্লেননি
দাকু দাকাতিগী যাবেকফম
জঙ্গল্লিকা জঙ্গল নি।

নত্রা ওইদবা মাংজন থাবা
চৎনবিদা থোকমোক তৌবা
লাইনিংলম্বীদা কবপসন তৌবা
চঙ্কোক লাইগী লৈবাক্লি।

মফম'সিদা পোক্লমদ্রবদি
নবক কোম মশক খঙলস্লোই
নত্তা ওইদবদা লাইচুবস্লোই
ইবুংঙো মাবু নিংশিংলস্লোই।

***********

# কনানো অথৌবা

১৩/৯/১৯৯৩

কদায চৎখ্রে অথৌবা
কবিগী মৈহুম উতোং পাযহল্লি ইমাবু
কবি খল্লি অথৌবা
কবি যাবেকহল্লি লমজাউ সবক যাংবীথাক্তা।

কোকথোং লম্মায থাবো
কীমন-চবৈ তোংলো
কবিগী লোৎলি
ঙমোক্তো মপাম্না।

শুকলাউ-নোম্মু লাউ
শযেং-পান্নোম ঙান্নবলাউ
খংকা খুংকা হাকথেংনবা লানফমদা
মিংচৎ উবোং খিলম্মু।

নত্রা ওইদবদা ওইনেই কৈদৌঙৈ
পাঙ্গল লৌশিং মাংনবনি
পোদোন তেঙ্গালি তৈববা মাযথোঙ
ইম্ফাল সহরগী শকমাইনি।

সঙ্গিদ মিনবগী-কংলাশাগুন মকশিল্লি
শামু খক্কী ভৈগ্যাচন্দ্রগুন মোদোন লাংশিল্লি
অনা লাইযেংশং মীহাৎ-মীপুন
নৌবংশং পুন্নমক চেনবা যাবোই।

লৈঙাকমপুনা শাক্কীনি শাক্কীনি
প্রজানা ভাবোক্লি ভাবোক্লি
ইচুন্না থুন্না লমদমদা লুপখ্রগনি
শামুখোঙগী ভৈগ্যাচন্দ্র ঈবোন্নুংদা।

ঈশৈ জগোয কল্লানা কৈদৌনি
লমদম'সে খুন্তাক লানশিদৌবে
কযা কুইনা যাবেকখিনি
মোংফমগী মোংফমঙাক্তা।

চীংলোন মাপলগী লমদম'সে
শুনিংনোমনিংদবগী লৈচিন থাংখ্রে
কালাদা ককাওনববা লমদম
মিত্রংগী লৈবাক্লি লৈবাক।





# লাই মিনম চারে

২৩/৭/২০১২

নিমাই পন্দিত ভিক্ষা নিদে
প্রেম পিবনি পিবনি
প্রেম লৌবনি লৌবনি।

পীথোকপদা হালেংবা লৈত্রবা
লৌশিনবদা মাপ' লৈত্রবা
অঙকপা ভক্ত প্রেম্মি নি।

অদুবু মঙলৈবাক'সিদা
শেগাদা যেপ্পা কোইথাং থাংদুনা
চন্দন শেখায় খোন্নি।

অপঙ লাই কোকথোঙ নাদুনা
নবক কোমদা চোংথদুনা ইবাক্লবী
কাখৎপা ঙম্লবেট লৈবাইদা।

চন্দন থিনবী শান্নবি
ভক্ষা নিবী শান্নবি
লাইরিক তম্বী শান্নবি।

খঙদি খঙদা মুকম মুকম
মযেক মশোন খঙদা
লাই মিনম চাবি।

************

# গৌরবু নুংশিজবা

তেখাউ লৈবাক্তা মৈতৈ নিংথৌনা
তেখাউ শামু অঙাওবা যাবীবা
অঙকপা নিংথৌনি নিংথৌনি।

ইম্ফাল তুবেন্দা থৈবোং পাম্বীনা
তেখাউ লৃওইনা তাউবক্লে
গোবিন্দ নিবপন তৌবিবে।

বাসেশোবি পালা লিংখৎতুনা
বাস লিলা শান্নবে
লুগী-ভাখা খাজিংনা ভাবোক্লি।





কবো লৃদা থুকববা মৈতৈ কতেনা
কবপসনগী সংকীর্ত্তন শকশোল্লি
কযপসনগী বাস-লিলা শানবে।

ইবাং ফম্বাক নিলা থক্তা
পৈশানা ব্রাই চাইনবে
বাস লিলা ভঙ্গ ওইবে।

গৌববু নুংশিজবা
মীওইচা কযা কযা
নুংশুক নুংজানবে।

চাংজৌ নাইদ্রবা নুংশি ঈপাক্তা
অমতা ওইবা ইবুংঙোদা তিনববু
ব্রাখল তাযোন্নবে নাপা শেবাংলে।

চাগায লোৎপি শানবে
শোকউবদা হং-হং
লাই মনিম চাবে।

*********

# হৈরাংলিঙৈদা-য়ুরাংবা

৭/৪/২০১৩

মৈতৈ কতে কতন্না
তৃংগি পোলোয যেংদনা
পোলোই শমপোং শেত্তুনা
কোক্তা কজেংলৈ কৌতুম্বী লৈতেংলা
হবাউ মথোয কাবি
'বাধা-বানি-বেগর্মান খঙ্গবি'।

ইনিংথৌ পাখঙবা কৃষ্ণ শাদুনা
চুং-ফিবাল বজাই বেঙ্গুল থৌগল্লা
শকযেং মিংশেন মাঙদা থাবা
ঐ মঙাযবে খন্দুনা
লুহোংফান্দা ফম্না
মোন্দ্রং শানবি শানবি।

যুমদদি চফুউযান মিবাংথাঙ
পূং-ঈশৈ জগোযদা মিকাবা
পৈশানা ৱায চায়না হৈথনবি
মিত্রং ৱালাশিংনা মোইথেম তৌদুনা
লুপা খাউ-জাও খাউ-জাও খোল্লি
কোবফু কাযবা তুন্না লেপকদৌবি।

মৈতৈ মীতৈ ফুদিত্তা মাংজোন চোংলা
লৌশিত্তা খজনা থিবা
শামু চনিং পেনা খোংলা
মঙদা মঙ্গ্রা তাল্লা
উৎতা ঘী হৈবা
হৈবাংলিঙৈদা যুবাংলি।

************

## গৌর-ভাব

খবা খবা তেং-তাং-খিৎ
পুমলোয লোযদৌবে মৈতৈ
অউবন' খুবাক খুবা
উদবনা পূং যৈবা।

অদৈব্দ শাগনু শাগনু
গৌবদা চোংশিনগনু
নিত্যাইদা চোংশিনগনু
মকোক থুগাযগনু থুগাযগনু।

গোদাধব নং ভাব তাউ
জোগায-মধায মচিন-মনাউ লক্লগনু
ভাব তাইল্লু
হবিনাম মহামন্ত্র পিবিয়ু।

হবিদাস গৌবগী মকপ্লি
কুবান মবোল খঙবনি গৌব
নবক-স্বর্গ খঙবনি গৌব
জগৎকী চৎনবোল খঙবা গৌবনি।




কুরুক্ষেত্রগী লানফম নত্তে
মোইবুঙ খোংগনু
কৃষ্ণ শাগনু
অর্জুন শাগনু শোবাত্তা।

************

## হাঃ উরোক

২৯/৪/২০১৩

হাঃ উবোক চাকতাগনু চাকতাগনু
লৌশিং পার্ননি-পাং
দেব কর্ম্ম, অমা পুজা নত্তে
শানৈ যুনৈ ফমনে
যিঙৌনা লাইজ্জা ঈপাল লাংবনে।

থক্কনু-থক্কনু লাইজ
ঙাখা-থাজিং অমতস্ চোংখংলক্রোই
নমাংদা অমুবা লৈচিন নতুংদা লোঙউপ
নখোঙদা কাকথৈ নিঙ্গোংদা তিনফা
নংনা কবম্মা পাইগনি।

হাঃ উবোক ফিঙৌ ফৌগনু
তিন কাং মাদুনা চাগনু
নখুত্তা মালা চংকনু
গুণ মাপল চিনফা থিযু
মাদু হরিনাম নহা-মন্ত্রনি।

কাংঙা লক্তা লোংলা
কোক্তা কোযেং উপ্লা
সেগাদা লুকুন যেপ্লা
নমদা ইনফি থোংলা
কবম্মা কাংঙা মানগনি।

************





# কূ মরুপকী কূ মরুপমক্তা

৩/৪/২০১৩

বোক চাকথাক্কীদমক্তা কূ মরুপ
ইমা-ইপা শিবগা কুম্মৈ তৌদবা যাবোই
চহি অমা চুপ্পা কুম্মৈগী কুম্মৈ ফিবোই-নুঙশাং।
থা-থাগী দিন উসোব মেলা
চোঙ্গনি ফনগনি লোংহুন
মাবিনবা অঙী অবাক।
পোযেং খোমগনি বক হিংচাবদা কৎনবা
ময়াই তাংবলদা লৈতেংঙ্গনি
নোকফেৎ নোকফেৎ খোঙ্গাই চল্লা।
মথেল চামা নিপাল খুজিং ওইবা
হাবীযু হাযনা কৎশিনগনি
পুকচাউবা হিংচাবাশিংদা।
ইশু লোয়েবোং মীন হিংচাবনা মরেৎক্রি
শ্রীনদি ' ঐগ্যা মচা নাম্মোন ইবুংঙো''না
হুকুম সউথবক্রি মহাপ্রসাদি লিযো লিযো
ঐনা খোনবাঙ্গনি
পক্কে শো লোল্লে লোল্লে
লেঙখৎলো লেঙখৎলো।

************

# ঐ য়াওননিংলে

২৫/৪/২০১৩

ফিজেৎ লৈতেং ধুম-ধাম্মা
থম্মোযবু খুদুম চনবা ঙমলোয
নমথিববা চৎনবি কোমদা
যাতানিংদ্রে যাতানিংদ্রে।
নুংশিববা হৈনম-লৈনম থল্লবা
লৈকোন'দুদা ইনিংতৌনা
হাযনা হুম্মা মপুগী কোলোয শোন্দুনা
নুংঙাযনা তুমখুন তানিংলে।

************

# ঐ ক্রোরগটিনি

থৌদাং ১৫/৪/২০১৩

মীহাৎ মীপুম কল্লিমখৈ
বন্দ, ব্লোকেদ কল্লিমখৈ
শাইন-যুনৈবিমখৈ
যুমথা-মৈথানবিমখৈ
ইবাংদা তাওবিমখৈ
ক্রোরপাত ঐগীদি মতোননি।

নৈশা-পাখণ্ড জগোয শাহনগনি
চুশিন্নবা ঈশৈ শকহনগনি
লম-হৌদোংদৌনা
মিযাও মিযাও খোংহনগনি
ফোব চাগে-চাগে হাযদুনা
মনিং থুংহনগনি ঐনা।

ক্রোরপতি মথক্তো
মিলিয়ন পতি ওইনবা
এবোপেন বির্জাব কাপ্পবা চানবা
অমতা নাংহল্লোই নখোযগীদমক্তা
ঐগীদমক্তা লেপ্পু নখোয।

যুম-কৈ কযা-কযা মৈ থাদোকউ
মী কযা-কযা হাৎনৌ-শুনৌ
নথক্তা ব্রাযেন কাতি পাযযু
নংগুম্বদা হুকুম তৌজৌ
'নং প্রাইম মিনিস্তরনি' হাযদুনা
ঐনা প্রসিডেন্ট ওইবিঙৈদা।

************

# পুংয়েবা চোলৌম তৌ

হুইযেল ২৩/৪/২০১৩

তাউ-তাউ নব্রা চাউদবাশা
ইপু-ইবেনগী চিন্থাং পাউথাংনি
পাউখোং ওইনা শক্লা শোন্নবি।





পৃংযৈবা চোলোম তৌ
অউবনা খুবাক খু
উদবনা পৃংযৈবা।

অদুগুৈ চহী চাম্মঙা মমাংগী
বেঙ্গলিশিংগী যুম্বাল কৈবাল
নিমাই পন্দিতনা লুচিংবা।

অহিংসাতনা বেঙ্গল লৈঙাকপা
মোগোলশিংবু মচিন মনাওনি খন্দুনা
'জয ভায হোবি বোল্লো' হাযখি'দৌ

ঙসি ঙসিমক ওইবি লমদম'সিদা (চিংনুহুৎ)
থাদ' খুন্দাববা মতম
মৈবিক অমনা মহাকপু উনববা মতমদা।

মৈবিক অমানা মৈজাওবী ওনবনি
মৈবিক অদু থিযু হুন্মু
শোযদনা ফঙ্গনি মহাক।

কবিগী 'অৱা-অৱা' হাযনা কুল্লি
শোকহনগনু মহাক্কা নংবু
অবাবা মযোং যাও চেল্লু চেল্লু।

কবিগী অমাং কোবি শানবদা
খুবাক্কা চিনবান্দা তান থাবা
''অৱা-অৱা কপ্পিং-কপ্পিং কুল্লিবা।

******* ****

# ফুগায়না শাৎলিবা থম্বাল

২/৬/২০০০

চাংজৌ ঈথক ঈপোম'দুদা
মযুব মখোঙ'দুদা
শ্রীগোবিন্দবু থম্মোয নুঙ'দুদা
চেজেৎ কোন্দুনা ফুগাযনা শাৎলিবী
হাঃ লৈবাং থম্বাল ও।

কযাদা ননিং তৌনা
মলযা-নামিবগা নোযনানা
মোমোন মিনোক্লা
ইবুংঙোগী চবনবু নিংশিংলিনী
হাঃ লৈবাং থম্নাল ও।

লৈবাং নংবু উকুবদা
পাইমা নুঙ'সিদা মওন মওন খল্লকই
নুজা অমগী শক্তম লাংলা
মক লম্না নুংশি মিনোকুম
হাঃ লৈবাং থম্নাল ও।

যেংউবদা তুজংনিংঙাইনি
যেংউ খুদিং পাম্মুদুনতা লৈজবা
কনা-উখিগদগে মিপাইজবা
কলক মিহৌদনতা লৈজবা
হাঃ লৈবাং থম্নাল ও।

লাইজ ঈমোয শোক্লিঈ-শোকমাং
চপ হুম্না শাগদুনা
লাইজবু মগুন হাপ্লিনী
মী ওইবা সমাজবু পেহল্লিনী
হাঃ লৈবাং থম্নাল ও।

কালেনগা মৈশানা খাংনা ঙম্ব্রুনদা
তনৌবা নংখোক্লা লেনখনরবদা
ঈমায থক্লা মোনখাচনদুম
তুনক তম্না নেকথর্বাদি যেংঙমদে যেংঙমদে।
হাঃ লৈবাং থম্নাল ও।

শাৎখোনে শাৎখোনে শাৎখোনে
লৈবাং লৈনম চনখিনু চনখিনু
মীওইবগী পুন্সি মযোন চোংহনখো
লৎনা থানবা যাদ্রবা মপুগী খুৎশেম্নি
হাঃ লৈবাং থম্নাল ও।

*************

# নরাইবক ফৈদকো

বাঁশি নংসে নবাইবক যৈদকো
নংদি বাধাবু পেনহনবা ঙম্মিদো
নাপা চিক্লা ৱাতানৈদো।

নংদি পানিংবা সুবদা
ঙংনিংবা মযেক্লা
মাবু পেলহল্লিবা

ঐদি মাবু মিৎ চায়বসু যাদা
পুক্লিংগী অপাম্বসু ফোঙদোকপা ঙমদা
কযাদা লাইবক থিব্রবা।

ঐগী অশাগী মযোল কেনখিদৌবে
বাঁশি-নং-খোঙলো খোঙলো
ঐবুসু থৱায হাপ্পীবো হাপ্পীবো।

*************

# শল্লাংগী লৈহাউ

১২/১/২০০০

পাম্মুবী নংগী শাদোন লৈহাউ'দো
শল্লাং অনিনা নাপ্পা'দ্দা
লৈকাদা লৌশিল্লা
লৈখোক'দুদা চেৎনা যেৎশিল্ল
কদাযদা কবি নাম্থোকখিদগে
নিংশাউনবগুম লেন্নজবিবী
নিংথিজৈদকো নং'সে।

শাইদোন নাপীগী পুমবুম তাবা লৈহাউ'দো
মতা-অমা-ওইনা ফজৈদা ফজৈদা
যেংনিংদবা কনানো ফজব'দো
নমনিংদবা কনানো মনমদো
চৎলে-চৎনা মফজৈ
চোংলক ফলক ফলক
কবি মফজনো হায হুমব'দো।

তুজুংনিংঙাইনি তুজুংনিংঙাইনি
যেংউ খুদিং
মিৎফম হোংনিংদে হোংনিংদে
ফমলে ফম্না মফৈজে
ঙৌকনবা চুবাগী
তবাববা চিনবাল মযাদা
লৈহাউনা শোক্লিং শোকমাং।

নিংঙাযদনা খোঙ্গাই তাবিবী
চেংলবা খ্বাঙনা খুদুপ লাক্লুম
ঙৌকনবা যাংনা তোঙ্গাবপ
ফল্লপ তৌবা লেংজুম
খোইবীবানীগুম কযাদা নিংথিজবিবী
নতাবোই কযানা কোযশিল্লিবী
খোইবীগুম ঙাম্ব্রোযবিবী।

পেন্নাদি যেংজবা ঙমজমদা
ইবেম্মগী গুয়া হেমনখিবনা
নুংপান ফাওনা শৈথাজবা ঙমজদে
লৈবাং থম্বালগুম চাংদম্না
ইখুৎ মক্লা শ্রীগোবিন্দ খুযাদা
পুক্লিং লৈতানা কচ্চবা
অসিতনি অহিং-নুংথিলদা নিজবিবা।

ঙসিমক্কী লৈহাউ লৈবাং'দো
ইবুংঙো মাগী নির্মল ওইবমগনি
থম্মোয শান্তি ফংবীবমগনি
থম্মোয থম্মোয শান্তি ফংলবদা
শিদনাই নাদযাই ফংদুনা
মুৎনাইদ্রবা মিংচৎ উবোং খিন্দুনা
লাইনিং লাইশোন ঙমজবা'দুতনি।

***********





## সনাগী কৈরাক থাবি

৪/৬/২০০০

ঐনা নংগীদমক্তা
সনাগী কৈবাক থাবি
স্বর্গগী লক্ষ্মী'দুদা।

কবি নুঙদা তেক্লবোইদৌবা
মনি-মুক্তানা থাল্লবা
শুকহোং হোংলবোইদৌবা মফম'দুদা।

মসিবু লালগা অমবাপুব লৈকোন্দা
হৈবাং-লৈবাংলক্তা
লাইনিং পবৈ নকুনবা।

কবন্না লাইনিংবীনো
বাধা বানীগী শাযোল্লা
সযস্বতী, দুর্গাদেবীগী শাযোল্লা।

লাইযাম্না ইকায খুম্নদুনা
হৈবাং-লৈবাং কত্তুনা
পুজা তৌনবনি তৌনবনি।

লেঙখৎপিবো লেঙখৎপিবো
কৈবাক'সিদা
মনুঙ-মতম চানা।

অনৌবা কুমজাগী নুংঙাই যাইফনবা
মুনি-ঋসিশিংগী লক্তা
মোমোন নোক্কুনা লাইনিং পবৈনবীবো।

************

## ঐ চুবাম্থাবনি

ঐ চুবাম্থাবনি
মী শিবগা হবাউবনি
ঐ অফা শাবনি।

১৫/৫/২০০০

পুংঈশৈদা শুমহৎহনবনি
মাংই-শেংই কোকশিনা খৎপনি
খুকমহনবনি ননাইনি ননাইনি হাযদুনা।





খোঙবী মচুম পিথক্লি
লুখা চগুম পিজগনি
মক শিৎনান্না কোকথোক্কনি।

চন্দন চৱা থিনজিনবীনি
দক্ষিনা চাউনা চাউনা লৌগনি
অপং লাই চুহনগনি।

চগেম পোম্বা পিজগনি নানবা
খেচ্রি পিজগনি নুংশিৎ কানবা
শগোলহৱাই উতি পিজগনি পংনবা।

মবুক হুইত্রিমুক কংহনগনি
শিকম নাকম পৈতাহনগনি
কুমলাই নাহনগনি লাইবা চুদৎনবা।

নমা নপা শিবগা কুম্মৈগী কুম্মৈ
চোংবনে ফনবনে কপশিন্ন
উকংলাই থাংদোক থাংজিন তৌহনগনি।

লাই থাং খুদিং দাক্ষিনা
অহুমবক থাংলে দাক্ষিনা
মঙাবক থাংলে দাক্ষিনা।

ঐ ননিংথৌনি ননিংথৌ
ঐনা হাযবা যাগদৌবনি
ঐ বিষ্ণুভগবানি বিষ্ণুভগাবানি।

খঙবা খঙদবা সিতা বাম শোল্লু
খঙবা-খঙদবা বাধে কৃষ্ণ শোল্লু
বাম-বাম নাকন্দা হৈজ্রাং কাউগনু।

নখোযগী-কংশ-বাবল কচ্চবা
ঐগী চৎনবীগী খাউদা কবপসন
কলচব নাৎ পুন্নমক নমশিনগনি।

শুম চাববা কবপসনগী লাইনিং লাইশোন
লৈকাঙ চাববা কবপসনগী চৎনবী
কোঞ্জেং কোকফাইনা মনঙ্গলদা মকম থুবগুম

ঐনা-হনচাক ঙাচক শাবা অবাং পুবেন
কলি বামোন কযা থাদোবক্কনি
মখোযনা হাযবা ইল্লু।

যুবাংনবা মঙকৎকী মঙকৎ
পালাদা থানবা মঙকৎ
মঙকৎকী মঙকৎ কাওবা যাদে।

# চৎনদ্রবা অশিবা চৎনবি

১৭/৭/২০১২

চৎনদ্রবা অসিবা চৎনবীসে
ঐঙোন্দদি আলাউদিনগী থাউমৈনি
ঐগী হংলাই'দু
ওইগী শেগাদা যেপ্লা
মোবেগী শাতিন্না পে ওইনা খল্লা
যেৎনা কাংশি কাং কাং খৎলা
ব্রাখন্না সোবাত ফম্বাক্তা নোঙ্গুপ্লকই।

ঙসি কযাম তাগদৌবনো
তরুকনি ইহুলদা অক্ক হোৎখ্রবনি
লুপা লিশিং অশুক তাগনি
খবা হেল্লবদি ফখ্রনিদা
মান্দব মপু'দুদঙ্গা ওইববদি ফগদৌবা
যম্বু'সে লিকমল্লি মায চানদে
তরুক্লি ইহুলদি মীনা ফিঙৌ ফৌখিবনি।

ঙসিদি ভাবোক খবা হেল্লবদি ফখ্রনিদা
হংলাই'সে তপ্পা তপ্পা মফি হোঙ্গে
ইকোকসে কুপশিনগে মতৌ মান্নবা
চিবা-উসোব ফোল্লা পিজগে
তল লদু কচৌবি মাখল জিলিবী খিল্লাইগে
চন্দন শেনখায নৈকৎমনা খোমজিনগে
ঐঙোন্দা মঙকৎ হাবনি হাবনি।

হেক শিবগা যুবাংনবা মঙকৎ
পোকপদগী শিবা ফাওবা কুম্মৈগী কুম্মৈ
কংলৈপাক'সে লৈকংলা ওইহনগনি
ইচা ইমাক যুথক ফোব কাপশিং'দো
সিবগা নমপোই পোইশিনগনি
তাৎ তাৎ লাইনিং লাইশোন্না
থোকউদা থৌকপা তম্ফা য়াই খুদোপ্পি।

************




# হরি নাম-মহা মন্ত্র

থৌদাং ২৪/৪/২০১৩

ক্বাক ক্বাক কাংঙা শাগনু
ক্বাক ক্বাক বাহোং শাগনু
ওইবোই ওইবোই শুকওই ওইবোই।
হংলাইগী লৈপাক্লি
পোকেং-মাবমক্তনি
লাই খুৎশাংবী মক্তনি।
ক্বাক কলিদা থোক তৌগনু
খৈনি উম্না ঈশৈ শঙ্গনু
কেন্সব লাযনা পক্কনি।
কাংঙগী খোংথাং থাঙ্গনু
ব্রাহোংগী শাথেক থেক্কনু
ক্বাকচোং মাল্লি।
কুচুনা মুশুক মুবা
কোযেৎ অচৌবা চিখাজাও উপ্পদি
পেনা খোংবা মাল্লি মাল্লি।
নিমাই লুকোক শাগনু কিজৈ কিজৈ
নিত্যাই লুকোক শাগনু কিজৈ কিজৈ
পুংযৈবা চোঙ্গনু চোঙ্গনু কিজৈ কিজৈ।
হেঃ ক্বাক অপুম-অশা নত্তে
হিবনাম মহা মন্ত্রদি
নাকোং অনি শুনা তাফদে।
কাঙাদি মহে লাইবেপ্পীগী শাযোন্নি
ব্রাহোং সাযস্বতী ইমাগী কাযদোংনি
মখোয অনিদগী হবিনাম মন্ত্র নিজগদৌবনি।

*************

# তেখাউ লূ থুম্বনি থুম্বনি

১৩/৩/২০১৩

| | | |
|---|---|---|
| ময়াং ক্বাক | - | ক্বাক ক্বাক। |
| মৈতৈ ক্বাক | - | কবি ক্বাকনো ? |
| ময়াং ক্বাক | - | ময়াং কাক্লি |
| | | চাক চখোম অমতা চাগে। |
| মৈতৈ ক্বাক | - | চাফদে নংদি কোকিল শাবনি |
| ময়াং ক্বাক | - | ইচাখোমদোম্বী লৈরা |
| মৈতৈ ক্বাক | - | লৈতে লৈতে বিষ্ণু প্রিয়ানি, বিষ্ণু প্রিয়ানি |
| | | লৈকোনবী তেনবা মানবীনি |
| | | ব্রজবোল্লি ব্রজবোল্লি শোনবনি। |
| ময়াং ক্বাক | - | তাউ-তাউ কঁওা ননিংথৌনা |
| | | লাংলিবা লাই ময়াং লাইনি |
| | | লাইদুনা তেখাউ শামু ফাবীবনি ফাবীবনি। |
| | | কাইনা চীংগী থৈবোং পাম্বীনা |
| | | কৃষ্ণ কবি কবি লাইযাম শাদুনা |
| | | লৈপাক ঙাকপনি ঙাকপনি। |
| | | গোবিন্দ, বামজীপ্রভু, নিতাইনন্দ, |
| | | বীজোয় গোবিন্দ, গোপিনাথদ, নবসিং, |
| | | অনুপ্রভু, মহাপ্রভু উকংলাই পুম্নমক |
| | | ময়াং লাইমক্তনি ময়াং লাইনি। |
| | | ননিংথৌনা গৌবিন্দদা বায়েন কাতি শিনবনি |
| | | পন্দিত সভা শেমদুনা মাংই-শেংই |
| | | চন্দন শেনখায় লৌবনি |
| | | অজা-পুজা-শোবাত-নুংলা |
| | | লুহোংখোংদোং লাইগী মিংথৈদা |
| | | তেখাউ লু থূম্বনি থূম্বনি। |

*************





## জিনঞ্জুর'সি কনানা থদৎপা ওম্লোই

থম্মোয পোনগী চেক্লা ও
নুংশি প্রেম্না জিনঞ্জুব ওইবা
থম্মোয আক্লানুও'দুদা পুঞ্জববনি।

লাই-হিংচাবা কনানশু
থম্মোয় পোম্নুংদা চংলা
জিনঞ্জুব'সি থদৎপা ওম্নোই।

নিঙায়দনা তুমখুন তাবীয়ু চেক্লা ও
লৈশি লৈথোঞ্জুগে নতিক-নগুন
মযেক অদুনা পুন্সি চেংজেন ওইজগে।

************

## তালিদা অহিং য়ারেক্লগনি

মণিপুবী মৈতৈ-মীতৈ কতল
মফি যোমদুনা চেনগদৌবা
হয়েং হংচিত্তা ঙাযবে
মপাম চাকশু চাদা
মব্রা চাকশু চাদা
চবাম চদৎনবগনি।

হাযনবা লৈ
পাউবৌ পাউখোং ওইনা
'কবুই কৈ ওইবা
ননিং নমাং হোত্রোং হো
নতু লৈমা
কাঙ কোক'।

বিষ্ণু প্রিযাবা প্রিয়া নত্তা
ব্রজবোল্লিলা বোল্লি নত্তা
ত্রিপুবিবা ত্রিপুবি নত্তা
তখেল-তেখাউশু নত্তা





মবক শবক গোপাল ফুবা
য়াপৈ মচা তুম্বা কোক।

জিবিগী বেলগাডিনা
জিবি জিবি চেনশিল্লকপদা
লুকোক চীখাজাউ পান্দেৱালা
মদ ঝুল্লি জম জম ৱালা
মার্ব্বাক জগোয শাবা-শাবী
পুন্নমক তালিদা অহিং য়াবেক্লগনি।

************

# ইমাবু শোয়দনা নিংশিংলক্কনি

৫/৩/২০০০

ইচাশা ইমাবু কদাযদা লৈশিবা
ইবমদম'সিদদি থাদোকনিংদে
লুপ্তাবি ওইজববশু লৈজনিংই।

ঐনা থাদোক্কুনা চৎখ্রবদি
ইচাবু লমজা শাবানি
মীয়াম্মা ঙাংনা-শোন্নহৌবগনি।

ইমানা চবি তৎপা
কুমজা মশিং যামলক্লে
নখোযবু চাউনবা হোৎনবদা।

কবি ননিং থুংদবা লৈবগে
নুংশুক নুংজানা
মতম লেল্লিব'দো।

লাইবিক'তো পাউ
নখুত্তা কলম পাযযু
ঈগী মহুৎ মুক্না শিল্লু।

মতম'দুদা লৌশিংগী মঙান লাক্কুনা
পাবি-পুবি শকখঙমাইনগনি
মতম'দুফাওবদি ইমাবু  ।

লৌশিংগী মাঙাল লাকপদা
নংনা মী-ওইবা কান্দা
ইমাবু শোয়দনা নিংশিংলকখিগনি।





# ফৌনৌনা জগোয় শারক্লে

লাংবল থানা হৌখ্রবদা ৩১/১০/১৯৯৯
মেবা থানা ওইবক্লবদা
মহৌশা লাইবেম্বীনা
মোমোন মোমোন নোক্লক্লে।

মচা মনাই পুম্বা
থৌজানবীগে মতাগুম
লবুক লমহাং চুন্না
ফৌনৌনা জগোয শাবক্লে।

নূজা ওইবী মহাক্কুনা
কোস্তক তৌবী পাম্বোম্মা থাঙ্গত্তুনা
মপু-মবৈ ফাববা শন্নাংবু
কেথ নৌথনা শেমজিনবগুম নিংথিজে।

ফৌনৌগী ওইনম্বা মনমদি
চীংহি শম্বাল লাংবী নুজাগী
খোইথুন্নবা মনম
থম্বাল কৌবী লৈবাংদগী হেল্লিদো।

চংখোল্লবী নুজা'দুনা
মবুংঙোগী নাক্তা
শন্নাংবু নানজবগা কেজবগুম
ফৌনৌনা হাই হৃমজবি।

মতম কৌবী লাইবেম্বীনা
মহাক্কী অনিংবা মতুংইন্না
অমত্তা চিৎথদনা লৈজবাপুম্বা
থম্মোয মকা লাম্মা ফোঙদোক্লি ।

মহাক্কী মতিক মগুন কযাবু
মীপুম খুদিংনা ইবাৎনবা
মেবাগী পূর্ণিমা থাজবু
কনানা কাউঙম্লোই কাউঙম্লোই।

ঙসি ফাওবা শোন্নবি
"মেবাগী থাবলদা
ককচেং চৎপা উই"
মতুংদগু অদুম শোন্নহৌখিনি।





মেবাগী থাউমৈনা মুৎথ্রবসু
থাবলগী মঙালদি
শক্লা শোন্ন-হৌবগনি
মতম কৌবী লাইবেক্লীনা লৈবিমখৈ।

************

## লৈশেম্লীনি মতমগী

২৬/১১/২০০০

কনখ্রেদা নংগী কৎথোকপগী নখৌদাং
মীনুংশিং নোল্লুকপা ঙাকপিহৈবা
মীপুম খুদিংনা তমজনিংঙাইনি।

ঐ'সে নংগী মফমদা মাইথিববনি
নহাক্তনা লমজিং লমতাকপিবি
জগৎ'সি কবিনো উহনবীবি।

মতমবু অসিনি তাকপিবি
নুঙপাল ফাওবা লিচৎনা
থরায়বু লোযনবীবি।

অদুবু ইবেম্মা বাধে
ঐনা সখি খুদিংদা লোযনজবদগী
নংতনা অহোইননা লোযনজবি।

মীপুম খুদিংনা নংতবু শোন্নবগুম
ঐশু মীকুপ পূংজা খুদিংদা
লোযনজদুনতা লৈজবি।

ময়াদা তাওবা ঐগীদমক্তা
নুংশুক নুংজান্ননা লেপ্লিবদো
মাইথোং ফীরুক হাংবীবো।

লৈমা ওইবগী নখৌদা উৎপীবো
চৎনবো লীচৎ মাংহনবীনু
লৈশেম্লীনি মতমগী তাম্বাদা॥

************





## নুজাগী নাপ্প তখেল্লৈ

২০/৭/২০০০

গোবিন্দ মন্দিরগী তখেল্লৈ'দো
লাতোল অশংবা'দুদা
চেং-থোইদিং তুলশি-পত্র
মন-মঞ্জুবিগা লোয়নন্না
চেংনা যোমশিল্লা পুবল্লি।

তৌগদৌবা শিন্থাগী মঙ্গল ওইনবা
চনিং তানা খোঙ্গ্রাইবু চন্দুনা
মোমোন মোমোন
হাংদোকচবি নির্মলা ময়োম'দো
গোবিন্দবু থম্মোয়দা চিংশিল্লা।

ঙৌকনবা তখেল্লৈনা নাপু চংবদি
হৈয়া অমুনবা-মান নাপ্পদা চিনবদি
অনি'দো কনানা কনানো খংখিদবে
নুজা'দো থম্মোয় পুবা ঙমলক্তে।

চপতিংলম্বা তখেল্লৈসু
থম্মোয় নুংফাওনানা চিংলকপদা
কোন্তক লেকথনা খাংলি
নাপ্প চিক্রা ঙংলি খোইমুগী শাওমগুম
ইবুংঙোগী নুংশিববা গন্ধা ফংবদা।

************

## করিগীদমক্তা চাংয়েংবীরিবা

২৮/৫/২০০০

নংগী হৈবাং কযানা
ঐবু কবিগীদমক্তা শুমহৎপীবিবা
থবো থম্বাল কেতুকী চিনি চম্প্রানা
পাইমা পুক্লিং নুংওল্লে।
মসিদি খুৎশেম নত্তেনে
নংগী নতিক নগুন মক্তনি
কবিগী লোক্তুনা লক্কবিবি
চাংযেং কয়া তৌবীবিব্রা?

---

# ঐবু থাজবীদ্রিবা কবিগীনো

লোয়শং অমদা চংবদা ঐ
হেক্তা মকোক থোংলগদৌবনি
পাটি কয়ানা য়াববনি।
তোম্বা-তোম্বী কযাগী লুপলেন্নি
ইশা ইতোমতগী শক্তাক চে পাইজববনি
কনানশু থওইবীদ্রবশু অদুম যাববনি।
লমদমসিগী হুন্দোক খাক ওইববসু
ঐতনা লুকলেন্নি
থাজবীদ্রিবা কবিগীনো ঐবু ।
হেন্না শিংবা লৈবিবগে কনা
"মীতৌ তম হঙোই মবিল
চুপ চাপ" হাযব'দো।
ঐ নিংথৌ ওইদবা যাবোই
চংনিংবা পৈশা চংজশনু
নোংমদা হঞ্জিনা ঙম্বা শেনফম্নি।
থিকাদাবগা মান্নাবা
তংখায চাবী তৌগনি
থাজবীদ্রিবা কবিগীনো ঐবু ?
মোন্দ্রংদা তাউদুনা লৈববা
কুম্মৈনা শুমহৎখ্রবা লমদম'সিদা
থাজবীদ্রিবা কবিগীনো ঐবু ?
নহাবোল অহল্লোন লুপ কয়ানা
লাকফোই ফোইহনগনি পুন্নমক
শুমহৎলাই থাজিন্দুনা পংথহনগনি।

************





# মতিক মগুন লৈখ্রেদা

২৩/২/২০০০

মণিপুব'শি নিংথৌ পান্দে
হাযণ্ডস্বা কনানো
নংশু ঐশু নিংথৌগী নিংথৌমক্তা।

নিংথৌ খুতম মুন্নবদা
লাঞ্জাও থোক্লিবনি
শাগৈ-নাতৈ তুমদুনা লৈখা তানবিবনি।

নহা অহল খাক্তনা
মতিক চাবা চাদবা
লোযনমক নিংথৌনি পোংনবিবনি।

কাও ব্রায়নবগুম ব্রাযনবি
নোংশাগুম শেত্তুনা চানবি
অসিদগী হেনবা কবি নিংতম্বা!

কবি কবি পাম্লি
শকহেনবী শকহেনবা তান্নবদা
মফি মাংনববদা।

চফু-ব্রাযান মিবাং থাংলবা লমদম
চাকোয চাদুনা
খুৎনেক্তা শিনমী ওইবিবা।

খোঙ্গ্রাই চন মকোই মাবা
ইবক মকু শাবা
মতিক মথৌনা লৈখ্রেদা।

অসিদগী হেনবা নিংতম্বা কবি
অনিংবদা পাংথোক্লিবা
অনা-শিকিগী মীহাৎপা ঙস্বা।

নুংশিবা মশক খঙদ্রবা
প্রেম ভক্তি মশক খঙদ্রবা
ঙাকপি হৈবা খঙদ্রবা লমদম।

************





# গন্ধর্ব লৈবাক

হে জগোয় শাবী
নং'সি ফৎখিদ্রেদা
নংনা ইপা মশক তাকপিদে ঐবু
খংদবনা হাৎলুবে লোযনমক।
হৌজিক্তি কবিগী ব্রাবৌবি ঐবু।
নাথৈদুদা কবিগী থম্বীবম্বা
অকনবনি পাউথোক্লি ঐবু
ঐমুক পাপচেনবা কনা লৈবি
অসি পুম্বা নহাক্রা থোকহনবনি
মীপুম খুদিংনা তুকৎচনবিবা।

নংগী নচা ওইজনিংদ্রে
মীনদি কল্লি ঙাংনজববশু
মিংচৎ থিহল্লগনি
মপা-মপু হাৎপা ঙম্বা মীহিংচানি
হেন্না তুকচনিংঙাইনি।

নুপীনা পানবা লৈপাক
নুপা মখৈনা পূং-ঈশৈদা লুপ্পা
খুদা তান থাদুনা
গঙ্গা-কানি যুবাংবা
বিবুলা কোকথোংলবা ওইজনিংদে।

ঐনা ফনা হোৎনদুনসু
অথিবা মীংচৎ'সিদি'দুম লৈহৌবগনি
মপা-মপু হাৎপা ঙম্বা মীহিংচানি
চিত্রাঙ্গাদগী মচানুপা বব্রুবাহন
গন্ধর্ব লৈবাক খক কাউববোই।

*************





## হৈকৎ-লৈকৎ তম্বিংলে

২৯/৩/২০০০

মবৈবাকপু নুংশিজবা
ইবুং ইপ্বা'দো
ঙমজবা হৈকৎ লৈকৎ অমতং
কচ্চনিংই পেনবীনবা।

মহাক্তনা ঙাকপি শেম্বীবকই ঐবু
ইচা ইশু পুম্নমক নাওকোনবীবকই
ইমা লৈবাক্কী অশেংবা মপাবিনি।

ঐদি ইথক-ইবাং কাদুনা
মখোয়গী মফমদা ওৎচনিংদে
পাঙ্গনবা অথৌবা'দো
চহি-চহিগী ওইনা খুকমজনিংই।

"নিংঙোলবু চাক্লৌবা" ওন্না তৈনবা চৎনবী
নামুংবনি নামুংবনি
ইবুং ইপ্বা নিংজবতনা
নিংঙোল ওইবীশিংগীদি ইথৌদাংনি।

************

## পোক্নফম

১২/৭/২০১৩

নুংশিববী ইমা মণিপুর
নংনা ঐবু পোকপিবম্বনা
ঙসিদি তাইবঙ'শে উজবে।

নুংঙাইববা স্বর্গকানন মীহৌজদে
লাই কোতিকুম্ভাহুমদোই খঙজনিংদে
নংগী অমৃত খোম্লাংতবু থকচনিংই।

মাদুতনা পাঙ্গল লৌশিং ওইবা
ঈথৌ পেন্না থকচবা
নতিক নগুন শৈথাজনিংই।

************





# অনিশুবা-ফীজং মরুমদা

নুংদাং ৱাইবমগী মতম
নুমিৎনা চীংয়া থাংলক
পোম্বী চেক্লানা মপুগী কোলোয় শোল
নোংজাবী লক্তা উবোক পবেং পাইবা
শান্তি পাউজেন য়েল্লি।

কোবৌগী মশেক মঙান্না যৈবদা
অমম্বা লৈচিন নোংফাই পুম্নমক
সনা অহিং কুচু ফুদোংলে
ফীজং ওইনা খল্লবে
মপুগী থৌজাল অঙকপনি

চুমথাঙ লৈমানা মপুগী থৌগলজবে
ঙাল্লবে শংবানবা অতিয়াদা
ষণবী ষনাওশিংসু হম্বা-হম্বা খৌশাবি
লৈশাশিংনা খুত্তা সনাবুল পাযদুনা
লাইজ ঈপাল লাংলি।

অমম্বা লাইবেম্বীনা অঙলববু থৌগল্লি
"হয়েং ইনুংঙাল্লা নঙান-নশেকপিনবীয়ু"
নিনি পানবা থাজনা থৌগঞ্জবি
মালেম লৈমানা নোল্লুচবি
কয়াগী মতিক নিংথিজবিবা।

জগৎ জীব পুম্নমক্লা
মপু নহাক্তবু উজনিংবনা
মথুম মবাং হৌনবি
উৎপিবো-নংগী শাথেক অহুম
প্রেম-ভক্তি-দয়া ওইবা।

*************





## অওইবনি অওইবা

অওইবনি-অওইবা
বামাযনগী লাইবিক্তা যাওবনি
"কলিগী ব্রাহ্মন ওইনা পোকচগে"
"কলিগী নিংথৌ ওইজগে" বিভিসোনগী ৱাশক।
ওইববে মণিপুরদা বামোন্না কাক
ওইববে নিংথৌনা চুবাম্থাবা
কাক্না কাক চায়
চুবাম্থাবনা মচা ফায়।
কলিগী বামোন্না পিজবা মহাপ্রসাদ
ষাদু মন্ত্র য়াওবনি পঙথনবা
পুবোল তবেৎ-শুবোল তবেৎ
পুবোল তবা মবী পঙথবনি।
ঐখোয়'সে কবপসনগী লূদা থুববা
ঙাসেপা ফাবৌঙা ঙাক্তনি
চৎনবীগী খবাইদা-য়াইফৌ ফৌববা
মখোযগী-চাকথাক প্রসাদনি।

************

## ঐনা হাৎপনি হাৎপনি

২৪/১২/২০০০

হে, অথৌবা চিববা লানফম'সিদা
নংনা খুৎলায় থাদোক্তুনা নিংহন্নবিবা
নমা লৈবাক শুক্লুং নুংশিদব্রা?
নং পঙ্গনু পঙ্গনু
নংনা হাৎপা নতে
ঐনা হাৎপনি হাৎপনি।
পুম্নমক ঐঙোন্দা তায়নৌ
ঙাকপি হৈবনা ঙাকপিগনি
মতম'দুদা অবান খুভম ফঙ্গনি।





নমানা চাক্লি ফিনিদুনা
নংবু চাউনবা হোৎনখিবা
কযাম ৱাখিবা নিংশিংদ্রা?

নথন্তা ঐদি অশিংবনি খঞ্জবি
নমাবু শান্তি ফংহনবা
মাদু নংগী নথৌনি।

নখুত্তা ধর্ম্ম খুৎলায পায়খৎলো
ফত্তবশিং তুম্মা মাংহল্লো
নংনা পাল্লিবা পন্থুং য়ৌনবা।

নথৌদি তৌদা
অপংবগুম তুমিন্না ফমদুনা লৈবি
নপাঙ্গল ফুদোক্লো ফুদোক্লো।

তৌবতদি ঐঙোন্দা শিন্নৌ
থবক'দো অচুম্বা লম্বী ওইহল্লু
মাদুদা নং কবিমত্তা চিংনগনু।

************

# অহুম শুবা মঙ

অহল হনুবা মিংথোল ফংলবা'দুনা　　২৫/১১/১৯৯৭
কোক কন্না চিকমনখিদুনা
থবাক য়োখাঙননা ইবি খবদং।

"ঐবু খুত্তগী কলম মুনবিগনু
লৈযেং ফাইহনবীগনু
লৌশিং পিনবীযু" লাইশোন্নি

খুৎ ওইনা পিশুম থক্তা থন্না
নমদুনা কলম তাবি
ইফম খণ্ডদে উইথবক্লে।

য়াম্না ইকায় খঙদবা
ফজবা লৈবাং উবদা
হেক্তা মিহৌগনবা।




ঙং ঙংদুনা হেক্তা পাইশিনবা
লৈকা লৈবিক চিকখাযগনবা
থম্মোয় পেন্না লৈবিক চুপকনবা।

লৈবাংনদি কবি হাযজ-ঙমদা
তুমিন মপী ইবা চেন্দুনা খাংজবা
কবি ফোঙদোকপদি ঙমদা।

থম্মোয় নুঙদা চাকপা মৈচাক্লা
মিন্না ঈহৌ তোংতক তৌব'দো
লৈবাং কয়ানা কবিনো কবিনো ঙক্লখিবদো।

মনুং-মতম চাদনা তবঙ ঈহৌব'দো
খঙদবা নত্তে খোইমুনা
প্রেমগী ধাবা উজখিব'দো।

শমান লেংমান্নবীশিংনা
"সনা শঙ্গাইদা কবিবু
নত্রা কবি মনিং থুংদবা লৈব্রা?

পুন্নমক লোক্তুনা লৈখিব'দো
খাঙবা ঙমদদুনা ফোঙদোকখিবা নুমিৎ
হায়-হুম্বা শাথেক নিংশিংলি।

শিংঙেন-নশুং-নমান্নবী কযানা
লোননা থুপ্পা যেংখিবা মিংযেং
খোইমুনা কযাদা ব্রানা খাংখিবা।

নোংমা-নোংমা মফখিগদ্রা খঞ্জবনি
থোযনা হেন্না চাকলক্লে
খাংবা ঙমগনি থাজদ্রে।

শিবমদাই মতম ওইবমাল্লে
তোযনা তোযনা মঙ মঙলক্লে
চোইবোনশু লোল্লক্লে।

"অব্রা মচা লেম্না মাঙদে
মাতা সিতাদেবীনা কবি ওইখিবা
শ্রীমতি বাধিকাগী অব্রাবা .।

************





## ইপা ইপা কৌজরি

কবিগীদমক্তা শুক্লা মম্নবা তাইবঙশিদা
ঐনা মিতম লক্লিবা ?
ইমাগী গভম্নুংদা লৈবিঙৈদসু
ইহুলদু তমদ্রিঙৈদসু কয়া ৱাখিবা !
পুম্নমক উবা তাবগা
অপোকপীনা ওমদুনা লেনখিবা।
মীপুম খুদিংনা মমাতবু নিংনৈ
ঐতদি ইপা ইপা শোঞ্জবি ।
পশুবাম্না মপাবুংগী য়াথং ইনখি।
শ্রীবাম্না মপাবুংগী ৱাশক ঙাকখি।
স্বৰ্গগী লৈবাক'দুদা অপোকপনা পুম্নমক শেম্নবীবি
মহাক্তনা ঐবু লমজিং লমতাকপিবি।
কর্মনা নুমিৎ কৌবা লাইদা
মমা মশক খঙজগে নিজবগুম
ঐসু পম্মৌ ইপাদা
স্বৰ্গগী লম্বী'দুতা তাকপীযু নিজবি।

************

## শগোল হঞ্জল কৈনা চায়

২৩/১/২০০০

মীখল নকশিনক্লে
নিংথৌ মহুৎ শিলক্লগনি
নিংতম্বা পাম্বাশিংনা
কপশিন-লাওশিন্নবি
মপুনিংবা হুইনাউগুম।

মপুনিংবা জীবদি হুইনি হুইনি
অদুবু লমহুই ঙাক্তা ওইবনি
লমদমসিগী মীওই'সে
শগোল হঞ্জন কৈনা চায় হায়বগুম।





তাৎ-পাৎ খদ্রক ঙাক্তনি
নিংতম্বা কবিনো খঙদবা
নিংথৌ পাল্লিডৈ ব্রাকোক লাল
অঙম অঙম্বা শেৎনববু নিংতম্বা ?

ঐগী নিংতম্বা
কনানা মৎপা য়াবোই
অদোমগী ব্রাখল্লোন
অদোমতনা চুমথোকপিগনি।

হঞ্জন হঞ্জন মিওৎ-মৈশা
খাঙবদা ব্রাবে ব্রাবে
অসিবু নিংতম্বা
লমহুইগী লৌশিংনি।

গধাবু শগোল শাহনবদা
লৌপুনা ফুবা চৈফুগুম
শোইনৌ লুপ কজেং-কমাই পুম্বা
কাংখোঙ চাইবে কহমাং খুজাইবে।

************

# হৌদোং-লম্বোইবা

১২/২/২০১২

যানৈমচা হৌদোং-লম্বোইবা হব্রাইমান
নক কোথোক্লা নফি নবোল লৌথোক্লা
জোগায-মাধায শাদুনা বাধে-বাধে খোংলিবা।

কোকচাউ-কোযেৎ চিখাজাউ উপশিল্লা
নফি-নবোল লৌথোক্নুনা ঙংলিবা
নিত্যা-গোব শাদুনা মীচিক্লিবা।

পাৎথি-কোমথিগী লমদমদা
নতু-নমাং খিংঙল্লোই
ঙাখা-খজিং ঙাবি ঙাতাইমক্তনি





তেখাউ-চকাগী লমহৌদোং
ময়েক-মশোন খঙদা ঙঙ্গনু
পংকোৎ কোৎ পংতৈ তৈশিনগনু।

ঙাবি কোৎ পন্দিত শাবাও
মাবৈবাক জগোয় ব্রালগুম
গঞ্জা-কানি য়ুবাংবা ও।

কবপশনগী কলচব কোন্দুনা
মকম কোনবী শানবা
মতমগা চানা চুনদ্রে।

কবপসন নত্তবা কবিপোৎ
কবপসপনগী মকোন'শি
লোযনা মকম কোক্লি।

************

## অশিবা লৈবাক অদুদা

অশিবা লৈবাক অদুদা
অশিবশিং অদুনা ব্রাতানহৌই
অশিবা চৎনবী চৎখিশিবা ?

চৎকনি চৎকনি ঐখোয লোযনা
অশিবা লোল মযেক লোযননি
উকংলাইগী লোনচৎ পুচৎ চৎকনি !

অশিবা লৈবাক অসিদা
উকং লাইগী লাইশংদি
মশিং থিঙমদা লৈবনি !





মহৈ তমফম লাইশংদি
অমা-অনি থক্তনি
মাদুসু শানৈ য়ুনৈফম্মি।

ইচা-ইশু মীবমদা চত্লুনা
লাইবিক লাইশু তম্না চৎনবি
নুংশিববা মমা লৈবাক থদোক্লুনা।

উতুপ লাইদি অশিবনি
অকংবা উনা শাবনি শাবনি
কাংশিনা কাং কাং কৎপনি।
মণিপুরগী লাই পুন্নমক
নুংঙায়না তুমখৎন তাগনে
লাইবনা কযানা-র্মপ তাবি।

************

# লাইরা

লমচৎ-শাজৎ ফজৌ
নশা নউ ফগনি।

হে তোংলবদি
হিবাক্লগনি।

চুম্না হোল্লু
পম্বুংফম যোনবা।

পম্বুংফম্না ফত্রবা
নোংলৈ নুংশিৎ মাইযোক্লবনি

থকশি-খাশি নাইনা চৎলু
তুংমাঙ-যেঙ্গদৌবনি।

************




# কংফালদা তেখাউলূ থুম্বা

১৫/৪/২০১৩

ইম্ফাল সহব লম্বী থৎলা
সবক যাওবী থক্তা
অচৎ-অওক থিংলা
কনানা কবি তৌজর্বনি মতাগুম
থাবলদুম চোঙ্গে চোংল্লি
তেখাউ লূ থুম্বা মাল্লি।

লৈশা মৌশানা
লৈকায পাখং শোইনৌ নেক্লা
চান্দুৱা খোকৱানা কাবন চৎলা
এলেক্ট্রিক ট্রিবনা শৌ শাবা
পাখং -লৈশা থুনবা
তেখাউ লূ থুল্লি।

লাই লমলাল্লে লাই লমলাল্লে
থাবল চোংবা নত্তে নত্তে
পাখং শোইনৌ সখা থুনবনি
থাবল চোংবা নত্তে
লৈশা মৌশা থুনবনি

থাবল চোংবা যাউদ্রবদি
লৈশা মৌশা মযুম পানবা খঙলবোই
থাবল চোংবা যাউদ্রবদি
পাখঙ শোইনৌ-সখা মযুম পানবা খঙলবোই
চৎনবীগী হাযগৎ লাংদা
তেখাউ লূ থুম্বনি থুম্বনি।

************





## মহা প্রশাদি ফংনিংদ্রে

২২/৭/২০১৩

কলি বামোনগী প্রসাদি ফংনিংদ্রে
মৈতে বামোনগী থোক যেংনিংদ্রে
য়াওবমগনি যাদুমন্ত্র লাইব্রা তিনব্রা।

চুবাম্থাবগী-হিগযব্রা মন্ত্র
বোক হিংচাবগী চাকথাক মন্ত্র
কবপসন কোক্লেন কোকফাই মন্ত্র।

কবপসন্দা মালেমদা ফমলেননি
অমম্বা চৎলিবীদা মাংজিন থাবিবীনি
কিজৈ কিজৈ লাইকক খুনবা।

************

## শৈথাজবা

শৈথাজবি খবা অসে
থম্মোয ওমদুনা লৈবা
মৈগী চীঙ্গুম্বনি।

চীংনা খাঙবা ঙমদদুনা
পোকখাযবগুম
ঐ-শু শৈথাজবনি।

পোকখাযবকপদা যাউবকপা
সনা হিদাক মহী অদুতংদদি
শকযেং মিংশেন ওইনবা লৌশিনবীযু।

************

# নুং অনিগী মরক্তা হা ওইবা

ইপা ইপুগী পাউবৌদা
"নুং অনিগী মবক্তা হা ওইবা"
"নুমিৎ অনি থোকপা"
হায়নৈ শোন্নে লাইশোন তিনশোন ওইনা।
ঙসি সনা লৈবাক মণিপুব
নুংজাওগী নুংজাও মক্তা
শিংনাও পানাও লোয়না চপখায়বিবে
ময়োল চোংখৎপা ঙমদবে।
নোংপোকলোমদা চোংখৎকে কদায়
নোংচুপলোমদা ইনখৎকে কদায
মনিংলোমদা যেংই কদায়
মখা কদোম, অৱাং কদোম তিংঙ্গোম কাঙ্গোগুন্নে
নুংগী নুংমক্তা
নুংলক'সিদা
পানাউ শিনাউনা
কবি ঙম্বা ।
লোযনা বেশোন তাগদৌবি
ফদিগোম পাখোন ফাওবা চোংলবোই
মক মনাও পুমতুম তুমগদৌবি
হে নুংকনবা কংক্রিক্তগী ওনবাও।
নুমিৎ অমা থোকপদা ৱানবি
অহিং নুংথিল নাইদনা
নুমিৎকী নুমিৎমক্তা
অৱা মৈশা খাংঙমদ্রে।
নুমিৎ অমতা ঙানহল্লসি
লোযনমক চিংথবশি
জিবাশিংদা শিন্নখ্রসি
নুমিৎ মানা মবৌশিং ওইনবা।
লোক্তান পাত্তা
ফুমদি হাওদি মবক্তা
কবোকংগী মবা-লক্তা





য়াতাদুনা লৈবশনু লৈবশনু।
মপোক লাংওন অমদা
মবা পান্দোং ফাদুনা
মহৈ মবোং চুম্না
মহৈ য়াল্লশনু।

********

## নতিক নগুন অঙকপনি

লাইবেন্বী পুন্নমক্কী মবেম্মা ও
শক্তি কযাগী তুংনফম ওইবিবী
কোক-তোন খুযা-থম্বাল উজবদা
তুজুং-মাংজুনবিবী অঙকর্পনি অঙকর্পনি
ওমশমদা মনি-মুক্তা হক্কবা লিফাং খুদমনৈ
নংগী নতিক নগুন অঙকপনি।
কোক্কী চিবাই চিফোং অনি
সনাগী লুহুপ উপকুম্বনি
নুংশিববা মিৎলুগী পিশুম কামদেব লিকমক্লি
চিনবান নতা যেং খোইথুন্না বসনা থল্লিবী
খুমাং-খুদুং খুজী তানগী লৈফম
নংগী নতিক নগুন অঙকপনি।

খুমাং-খুদুং মবীগী কাবক'দুদা
মচিন মবী ফাংবা খোল্লাংনা
মালেম শান্তিগীদমক্তা লৈহাউ চেনল্লিবী
জীব ধবা শন্দোক্লিবী
নুংশি নুংওন্নবিবী হে কাম-ধেনু
নংগী নতিক নগুন অঙকপনি।

অঙৌবা কুচু'দুদা
য়াংলেন কোবি চেল্লপ
খ্বাঙ চেংলপ নিংদু ফল্লপ





অঙকপা ফিভমদা জগৎপু শুমহৎলিবী
পি-পা নাতৈ কাংবীবিবী
নংগী নতিক নগুন অঙকপনি।

নমৈনা হৌনা লিচৎ ওই
শন্নাং চামোবগুম থৌগল তৌবিবী
ভৌদাইবী নুংফাওনবী বশুন্ধাবি মচুনা
নময়াংদা থোংবদি মিৎফম হোংফদে
পুন্নমক'সিবু উজাবা . .
নংগী নতিক নগুন অঙকপনি।

খোন্নাং অমৃত্তনা লুমথবা
যাং শুপচিল্লা
লোংথেক থেকপদি
শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গ রূপ
কামদেবগী লিকুংদগী হেন্নীবী
নংগী নতিক নগুন অঙকপনি।

************

## কংশগী কৈশুম শং ওল্লে ওল্লে

২৯/৬/১৯৯৮

চীংনা কোয়না পন শাবা
চীংমীনা কোযনা পনঙাকপা
সনা লৈবাক লমদমসে
কংশগী কৈশুমশং ওল্লে ওল্লে।

মচন-মশেন-মন্মাক কৈশুমশংদা নমশিনবগুম
ঙসি মবিমতা পুন্বা কৈশুম শংদা
দেবকি বসু দেবনা ব্রাবগুম
ঐখোয পুন্বা অব্রা-কোকথোংনবি।





ধর্ম্মগী মমিংদা মীওৎ-মীনৈ খাঙগদ্রা
চৎবীনা খুৎশা পুম্বা পুনশিবীবে
রাজনিতিগী ৱালাগী থোকপু খাঙগদ্রা
কৈশুমশং'সে মীকপ মীবাও খোলমক্তা।

অশোক বন্দ সতী সিতানা ৱাবশুম
ইমা-ইবেলশিংনা ৱাবি লমদম'সিদা
লংকা কৌনিংলে লমদম'সি
বাবলগী বাবলমক্তা পন্দিত শাবা।

বাবলনা সিতা থেম্বশুম
পন্দিত ৱালাশিংনা থেল্লি ঐখোয় পুম্বা
মখোযগী মযা-মবি-চীগী লাংদা থুবি
শুক্লবা লমদমসিগী শুকংদা।

************

## নুংশি তেন

নুংশি তেনদি ব্রহ্মাস্ত্রদগী হেনবা খুৎলাইনি
কাথোবকপদা নোংলৈ-নুংশিৎনা
অতিযা'দুদা ঐবু হুমদুনা পুবম্মী।

শৎপা থোঙবা-যাদবা খুৎলাইনি
পান্দ্রবদি মচিঞ্জাক পিদ্রবদি
তেন্দোংদা হঞ্জিন্দবনি।

মহাক্লা পাল্লবদি
উৎ ওইনা মাংবা নত্তনা
কবি উপায ওইনি।





অহান নুমিৎ অদুমক্তা
তেঞ্জিন অদুমক্লা
ঐগী থম্মোযদা যুম্রবনি।

নোংলৈ নুংশিৎ মবক্তুদা
"ঐসু ঙম্বা জাৎনি"
" মযাম তানবা লাউবাশিবা" নিল খোংলিবা।

অদুবু থৌজানবীবল্লে
ঙক্তা লৈপবেং ওই
খুদাংদা বাক্ষী ওইনা কিবীবি ।

হবিনাম থম্মোযদা কোল্লা
বেদ পুবান লাইবক্তা কৎলা ।
থম্মোয নুঙদা ঈথিলবীবা।

************

## করিগীদমক্তা খদাং চিক্লি

| | | |
|---|---|---|
| খোইমু পাখং | - | ইবেম্মা নুংশি ঈপাক'সে<br>ইম্বোক্লা পাক চাউখ্রেদা ! |
| লৈবাং থম্বাল | - | কবমদি তৌনি<br>মাপু মাগী লিলানি। |
| খোইমু পাখং | - | ইপাক'সে<br>লানবা ঙম্লোইদ্রা ঐবু ? |
| লৈবাং থম্বাল | - | কিববদি কমদৌনি<br>হোত্তি হোৎনদনা। |

| | | |
|---|---|---|
| খোইমু পাখং | - | নিংজবদি কবি হায়কনি<br>মিংকুপ খুদিং। |
| লৈবাং থম্বাল | - | ব্রাখলনা লাম্বনদি মণ্ডফাওনদবনি<br>মালংদা তেন কাপ্পনি। |
| খোইমু পাখং | - | হৌইনে-হৌইনে পাদে-পাদে<br>ইবাংনিকো ইবাংনিকো। |
| লৈবাং থম্বাল | - | "ফজৈ-নিংথিজৈ" "নুংশিজৈ" শোঞ্জবতনি<br>মহাউশু খণ্ডদা, মগুনশু খণ্ডদা! |
| খোইমু পাখং | - | নুংশি ঈপাক'সে লাল্লা<br>লৈবিক'দো পেন্না চুপ্পুনা শান্নজববদি । |
| লৈবাং থম্বাল | - | মাদুতনি মীওইবনা তান্নবিবা<br>'থম্বালগী খোইহি' হায়বিবনি |
| খোইমু পাখং | - | খোইহি'দু যাওদ্রবদি<br>পঞ্চ-মিত্র ওইদেনে ওইদে। |
| লৈবাং থম্বাল | - | শঙ্গোম ফম্বা অনৌবা ঘী লফোই<br>অদুগীশু মথক্তা খোইহিনা মরু নি। |
| খোইমু পাখং | - | খোইহিদি খুৎশেম নত্তে ঈশ্বরনা পিবীবনি<br>জীবশিংগী থরাযনি থরায়নি। |

***********





## মথৌ শংলবা কলম মচিন

১৩/২/২০০০

ঐনা শোক্লগনি লানফম কয়া কয়া
তাওবোইনাইবু কলম মচিন্না থিনগনি
চুবাম্বাবাবু মমাইদা কালি মুক চাইশিনগনি।

বোম-তোপ-বোকেত্তগী হেনবনি
মিংনা খংপদা দক-দক থিনবনি
লোইনা তোব তুহনগনি।

মবোল লোনবনি
তিনবু লাইপুবনি
কিকনু শান্তি পাম্বা কলম মচিন্নি।

মহা পুরুষ কয়াগী
মৈবি-মৈশা ইরুবা
মথৌ শংলবা কলম মচিন্নি।

রাতেম লকনি
য়েং-ওই থকশি-খাশি
মতম অদুদা নুঙওল্লকনি।

*************

## "মহাপ্রভু নঙ্গো পোবা"

২০১৩ জুলাই পোক্লফম

হোৎপু হোনিদ্রবদি
উদে খঙদে
অখণ্ডবশিংনা উবি খঙলি মহাকপু।





হায়নবা লৈ
"মহাপ্রভু নম্বো পোববসু
চেনবু চেন্দ্রবদি লমজেন থোইবোই"।

মদুমক্কি ঙসিগী ফিভম
উৎসব মেলাদা থাংলি
অমদা অমুক অমদা।

বেষ ওল্লি
লুক কৎলি
আর্তি কৎলি।

অঙাং ওইবিৗঙে লাইধি শান্নবদো
"উগী হৱাগাডী বব লাক্লে
মমা শাবী থোবক্লো"।
সবস্বতী মন্ত্র থিবস্মী
লাইবিক্তা নোংদাব হাপলক্ষ্মী
ৱাহোং মতুসু থেৎলক্ষ্মী।

"সবস্বতী ইমা ইবেম্মা
থম্বাল মানবী
নহাক্তি লৌশিং পুক্লেনি"।

"লৌশিংগী মঙান পিনবীযু"
নোংঙাল্লা লাইবিক ফাক্তোকউবদা
নোংদাব মচা পোকলমলে ৱাহোং কমতুসু তিংলমলে

মন্ত্রসু চিনফানি
নোংদাবনা কবম মচা পোকপা
ৱাহোং মতুনা কবম চপ যুংবা ?

*অঙাং ওইবিঙে পুন্সিদো*
নুংঙাইবনি নুংঙাইবনি
ঙসিসু সমাজসি ওইবি।

অবেন্বদা তাহল্লি
গোব কনানো খঙদ্রি
"মীথোয় মীহেনবনি"।

মমা লৈবাক্কীদমক
মপুন্সি কথোকখ্রবা
জাৎ বিজাৎ খাযদবা।

**লোয়রবা**

************







**অইবগী কোঙজবা লাইরিকশিং ঃ**

মণিপুর সরকারগী মতেংনা কোঙজবা

১। মৈঙাক্রোন শৈরেং (অহানবা শরুক)

২। মৈঙাক্রোন শৈরেং (অনীশুবা শরুক)

---

১। তেখাউ পাংকী শোন্না-লৈ (শৈবেং) Vol. I

২। তেখাউ পাংকী শোন্না-লৈ (শৈবেং) Vol. II

৩। তেখাউ পাংকী শোন্না-লৈ (শৈবেং) Vol. III

---

**অইবগী মথং পুথোরক্লিবা লাইরিক ঃ**

১। ফীজং মরুমদা

মমল লুপা ঃ- ১২৫/-